# শকহেনবী তারা

ইরুংবম দেবেন



ইকংবম পব্লিকেসন্স

# ꯁꯥꯛꯍꯦꯟꯕꯤ ꯇꯔꯥ

**Shak-henbi Tara**

A Collection of Sixty Five Manipuri Poems

by **Irungbam Deven**

Published by

**Irungbam Publications, Imphal-795008**

---

**অহানবা হান্না ফোঙবা ঃ**

দিসেম্বর ২০১৩

**ফোঙজবা ঃ**

ইরুংবম পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল– ৭৯৫০০৮

**নম্ফম ঃ**

পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার, ইম্ফাল– ৭৯৫০০১

**মখুম ঃ**

যুম্নাম সুনিন্দ্রো সিংহ



**কোপী মশীং ঃ**

৬০০

**লাইরিক ফংফম ঃ**

অইবগী যুম অমসুং ইম্ফালগী লাইরিক যোনবা দুকানশিং

**মমল ঃ**

লুপা ১৫০/

---

**অইবগী হান্না ফোঙখ্রবা শৈরেংগী লাইরিকশিং ঃ**

১। মোহিনী (১৯৯৯)

২। ঐ শিবগী পাউ (২০০৬)

৩। ঐ লাই উরে (২০০৯)

৪। নুমিৎ অমা পুন্সী অমা (২০১১)

৫। কুম্ভকর্ণ (২০১২)

মনুং মতম চাদনা লৈখিদ্রবা
পুন্সীগী নুংঙাইবা মশক মুন্না খঙজাখিদ্রবা
*তাশামেবগী মফমদা...

# ৱাহৈ খরদং

ঐগী নুংশিজববা ইনাও ইকংবম দেবেন মতমসিগী মণিপুরী শৈবেংগী তাইবঙদা অমুক নৌনা শক তাকপগী মথৌ তাদ্রবা অইবনি। মতমসিগী মণিপুরী শৈবেংগী তাইবঙদা মহাক্কী তোপ-তোপ্পা মহাউ অমা অপাৰশিংদা পীননবা হোৎনবিবা নত্তা ওইবা অইবনি। হন্দক মহাক্কী 'শকহৈনবী তাবা' হায়না মিংথোনবা শৈবেংগী লাইবিক অসি অচম্বা লোন্দাদা অনৌবা সিম্বল, ইমেজবি অমদি মেটাফৰনচিংবা শীজিন্নদুনা অপাৰশিংগী পৃক্লিং-ৱাখলবু হুমদুনা পুনবা হোৎনবা শৈবেংগী লাইবিক্লি। শৈবেংশিং অয়াম্বা ফজে, পাবা নুংঙাই। অতেনবা শৈবেং খবদি থোইদোক্লা শাফ্ কল্লি। কাউঙমদবা মহাউ অমা পীবা ঙম্মী। খুদম ওইনা শৈবেং অনী লৌখৎতুনা যেংবা য়াই–

> 'মতম অসুক কুইবসি / ঐখোয় নৃপীগী মমায়দা / মুন্না অমুক্তা য়েংলুদ্রি /
> পাম্মুদুনা, / তোযনা যেংলবদি মঙ্খিবা য়াই। / হৌজিক্তি মহাক্কী মশক অদো /
> কবম তৌবি হাযবা / কাউবু কাউশিল্লক্লে। / ঐখোয় নৃপীদা
> চেপথ চেপথ যেংবা মাবু য়াম্না কল্লকচবা / নৃপা অমা লৈ হাযনা / ঐগী নৃপীনা
> ঙম্মী। / মঙোন্দা অমুক্তং হংসিবা খল্লি।'

(যুমগী নৃপী অমসুং শেল-থুম, লাঃ ৫২)

দেবেনগী হন্দক পুথোক্লিবা লাইবিকসিগী শৈবেংশিংসিদা থেংনবিবা ফজবা মশক অমদি মহাক্কী শৈবেংগী বাহৈ পৱেংদা তায়োন্নবা ৱাহৈগী লৈতেং হাপ্পসিনি। মহাক্কী অসিগুম্বা খুৎশেমগী হৈ-শিংবসি মহাক্কী মমাঙগী শৈবেং খবদসু অদুম্মক থেংনত্রবনি। হন্দকসু 'ফামসী' কৌবা শৈবেংদা মহাক্লা অসুম্না হায–

> 'ঐবু উবদা হেক্তা হংলকই / মহাক্কী মোমোন মিনোক্লা : / 'কবম কবম পাল্লি
> নুংঙাইবিববা ? / অনা অয়েক য়াওদেদনা ?' / সংসাব অসিদা মহাক্তা ঙায়বে /
> ঐগীদমক খনবিবিবা। / হাইফেৎ যেংবদা হেক্তা খঙই, / শক্তি অমা যাওবি
> মঙোন্দা। / ঐগী মায়থোঙদা যেংলগা মহাক্তি / বেক্টবিয়া ফাওবা উবা ঙম্মী।'

(ফামসী, লাঃ ৭০)

ইথা হেক থাজদনা দেবেনগী শৈবেংদা ৱাহৈ ৱাতাগী তাইশিন্নবা অমদি শীজিন্নবদা তোপ-তোপ্পা মহাউ অমা হাপ্পা ইবা শৈবেংশিং থেংনৈ। মসিনা দেবেনবু শৈবেং ইবা হৈবা অমদি মসিগী মহাউ লৎত্রগা অমা হাপ্পা হৈবগী মতীক মযাই চেল্লবা মী অমগুম্না মহাকপু ঐ হৈয়না

উই। খৃদম ওইনা—

'নীংথিববী নুজাও, / নঙগী খোয়দৌ অদুবু / মমাঙঙৈদা / শঙ্গাইশেল অমনা তাখিবগীবা '' / মমল য়াল্লবা কবি পোৎশকপু / লোৎপগে মদুদা '' / নঙগী থম্মোয় য়ৌবা লম্বীগা / শম্নববা মদুগা ''

(কুশীৎ কৃৎপা নঙগী খোয়দৌ, লাঃ ১০২)

শম্না হাযববদা— হন্দক ইকংবম দেবেন্না ইবা 'শকহেনবী তাবা' হায়না মিংথোনবা শৈবেং লাইবিক অসি পাবা নুংঙাইবা অমদি ইথা থাজদনা নোক্লিংবা খোল্লে-খোঙ্খোক যাওবা লাইবিক্লি। নহা ওইবিবা দেবেন্না শৈবেংগী লাইবিক মনম-মনম ফোঙলকপসি তশেংনা নুংঙাইবা পোকই। মাগী থৌদৌসি শামু ময়ানা থিন্দোবক্লবদা মঙ্গে থেঙ্গুনা যৈশিনবা য়াদে হায়বা মীতৈগী পাউবৌদু হেক-হেক নীংশিংই। হন্দক নহাক ওইবিবা দেবেনগী ব্রাখল অমসুং থম্মোযদা হৌবক্লিবা শৈবেংগী সুনামি অসি মতম চুপ্পগী ওইনা নেমথদবা তাইবঙ মপুনা থৌজানবিসনু।

শগোলবন্দ

খৃঃ ২০১৩ ইংগী ডিসেম্বর ১৪

(লনচেনবা মীতৈ)

# লনাই ব্রাহৈ মঙা তবাদং

পাঙদা পাঙদা অসুম ইজবকপা ঐহাক হন্দক্কীসিগা শৈবেং লাইবিক তব্দক শুবে। ইবদি লেপচদে। মব্দপ মপাংশিংদা লাইবিক ফোঙলগনি হায়কব্বসু মবম ময়াম অমদগী য়েথোক য়েথোক্তুনা লাকখি। মমাঙগী লাইবিক (*কুম্ভকর্ণ*, ২০১২) ফোঙখিবা চহী হেঞ্জিল্লক্রে। অদুবু লাইবিক ফোঙনবা তোৎনবা হায়বসি অব্রাবা থবক অমনি, মদু থদ্লুবদা তম্বুবা পোকই।

যাম্না কন্না হংনবিবা ৱাহং অমদি— শৈবেংনা কবি তৌবি " সমাজদা অহোংবা পুবকপা ঙল্লববা নত্তুগা শৈবেংদা শৈবেং ওইদুনা লৈববা" শৈবেং হায়বসি মপাঙ্গল কনবা তাই, হায়দবা যাদবা হায়নীংবা খবা মনীং তম্না হায়জসনু। মসিবু পীক্লবা কাখৎ অমদা ফাজিন-পুনশিন্দুনা থম্বিবোইদবনি। মদু নত্তুবদি শৈবেং হায়বসি লৈবগী কবি কান্নবগনি"

শৈবেংদা কবি কবিদি যাওই ' মসিনা অচুম্বা ৱা খবা হায়বা য়াই, অচুম্বদি নত্তবা কবিগুম্বা কবিগী মশাগী ওইবা মীৎযেং অমা উৎপা য়াই, মীওইবগী অশোয়ববু লক্লবা যাই নত্তুগা অতোপ্পা গুণ খবা য়াওবা য়াই। কবি তৌবগা শৈবেংবু মীনা পানীংহনগদগে ' ঐহাক্না কন্না খঞ্জবিবদি অপাবশিংবু নুংঙাইহনগদবনি হায়বসিনি। অদুগা অমুক, সেটাইবিকেল ওইবা শৈবেংশিং অসিসু থাদোকপা ঙমজদে।

'কোবী' হায়বা শৈবেং অসিগা 'ওন্ন-তৈনখিবা' হায়বসিগা *সাহিত্য লৈচল* চেফোঙ (মথংশিংনা ২০শুবা ভোল্যুম ৪৭শুবা মশীং, আগষ্ট, ২০১২ অমসুং ২১শুবা ভোল্যুম ৪৮/৪৯ শুবা মশীং, ২০১৩) দা য়াওখ্রে। 'ভোলুন্টবি বিটায়াবমেন্ট' অমসুং 'বোম্বাই' হায়বিবা শৈবেংশিং অসি *শৈবেং শৈবেং* (২০১৩) হায়বা *মপাউ* না ফোঙবা শৈবেংগী কলেক্সন অদুদা য়াওখ্রে।

লাইবিক অসি অসুম্না ওইবক্লবা হোৎনবকপদা শক্লাইববা অইবা তামো বিবেন্দ্রজিৎ নাওবেমগী পাউতাক লৌজে। কবিনা লমন শিংগনি" শৈবেং খবগী মতাংদা মোং হংজকববদা হবাউ হবাউ তাকপিবকপা অমদি ঐনা হায়জববু য়াবিদুনা ৱাহৈদোক ইবিবকপা ইকায়খুম্নজবিবা ওজা লনচেনবা মীতৈবু হন্না হন্না থাগৎচবি। মখুম য়েকপিবকপা শ্রীয়ুম্নাম গুনিন্দ্রো সিংহগী লমন তোনশিঞ্জবে। অচুম্বা লম্বী তাকপিবিবা ঐগী ওজা শ্রীথাংজম ইবোপিশকপুসু কাউজদে। অবোইবা ওইনা পদ্মা প্রিনটর্সকী থৌ পুবিবিবশিংবু থাগৎচবি।

ইম্ফাল,

দিসেম্বব ১৬, ২০১৩

—ইরুংবম দেবেন

## য়াওফম তাকপা

## তন্দন - ১

১

মঙালবু কয়াদা পামজবা ঐহাক্না।
মঙালতবু নীংজদুনা মঙালতবু য়েংজদুনা
হিংজনীংই ঐহাক্তি।
ইচম চমজবা পীক্লিবা অঙাংগুম
মঙালবু তান্নদুনা শান্নজবগা মঙালবু ফংজবগা
হবাউঙ্জে ঐহাক্তি।
কবি থোক্লিবগে খঙদবা
অমম্ববু কিজে,
অমম্বা মবক্তা লোৎলিবা মখোযবু কিজে।
মঙালবু ইথানুংদা কোনশিঞ্জববা
থম্মোয অসি ঈংজবনি ঐহাক্তি।
মফম মবাং খঙদনা
শৃক শৃক নৈশিনববু হৈনজদবনি।
অবোং অফোংগী লীলা
লৈ গুমসু তৌবা লৈতগুমসু তৌবা
ওই গুমসু তৌবা ওইদগুমসু তৌবা
খঙ গুমসু মাংবা তৌদি তৌথোকপা
পীবক্দ্রা পাবক্দ্রা খল্লুবগা
শকপা হেক পীবক্রবা
মখুৎ অদু শৃক্তিং তিংথোকপা।
অফববা হাযবসু ফভবা
চাননা ফত্ত্রা হাযবসু নত্তবগুম তৌবা
লংলা লংজিন খঙদনা পঙয়েত্তা যেৎশিন্নবা
মদুতবু হৈনজদবনি।
মাগী থম্মোয়দা মীগী মাংযেংদা মীগী রাহৈশিংদা
নীংথিবী নুজাগী মাযথোঙদা মোমোন মিনোক্তা
মঙালতবু থিজবনি ঐহাক্তি।

২

ৱাকচীং থাগী থেঙলবা অহিং অমদা
কোয়না কোয়না পাইবিবা তন্দন উবদা
ঐগী পূক্রিং অসি খংনুং নুংশিবকই।
পিশক পীকপ্রবা তীন অসিগী
মমাঙদসু নত্তবা মনীংগী মনীংগী মনীংদা
ফ্লুবেসেন্ট লব অমা থাল্লি।
য়ূমগী শূমাঙ থেল্লোং য়েন্নখা লুখা
পুর্ণিমাগী থাবলগুম ইঙান ঙাল্লি।
মহাক্না মনীংদা মৈ ঙালহনবা ঙম্লগা
ঐখোয়গী খুদোল্লীগী মতোন্দা
কবিগীনো মঙালবু থোকহনবা ঙমদবসিবু?
অসুম খল্লুবদা ইকায়জখ্রেদা ঐহাক।

(১৭ জানুৱাবী, ২০১২)

## তন্দন-২

তন্দন অমনা
যুমগী মনুংদা অসুম চঙলক্লগা
লৈনা লৈনা পাইবদুনা
ইনস্পেকসন তৌবকই
মন্ত্রী অমনা
মাগী খোঙলোয মযামগা লোযননা
চা ওখৎ থৌবাংগী থবক
যেংশিনবা লাকপগুম্না।
অমম্না জগা জগাদা চঙলদুনা
খোর্মজিল্লি অমম্নবু ঈংনা তপ্পা,
অঙানবা মচেৎ মচেৎ যেঙ্খোকই।
(মাগী মঙাল অসিদি লোইবা নাইদে
বিচার্জ তৌবগী দবকাব লৈতে।)
নিবকই মহাক্না
থম্মোযগী ৱাকৎপু—
ৱাকৎ লৈত্রা ৱাকৎ হাপ্লিযু ৱাকৎ লৈত্রা ৱাকৎ হাপ্লিযু '
মহাক র্অসিবু কনানো '
ইমম মম্নবা মহাক্কী মযূমদি
লৈববা উবক থাবক্তা উখা ৱাখাদা '
মতম অসুক কুইর্নাস
তাবিদনা লাক্লবা
ঐগী ৱাকৎ মচা অমত্তং
থাঙ্গৎহৌবগে মহাক্না লাক্লিনৈঙসিদা।

(১৭ জানুৱারী, ২০১২)

# মি, ঙাফাবা অমসুং ঙা

ঙা ফাবা অমনা নোংমা মি অমদা হায় ঃ
'নঙগী লাং অসিদি ঐগী লাং অসিগা মান্নে।
অদুবু নঙগী কাববাব অসিদি ওস্থোক্লা ফৈদা
তীন কাঙ ময়ামসিদি মখোঙনা থোংনা লাক্লগা
নঙগী মিবাংদা থুবৈনে।'
মিনা খুন্নকই পোঙনা চাউনা ঃ
'মসিনি অহৈবা হায়বদো।
মখোয় অসি ঐনা কৌনকবা নত্তে।
ঐগী মন্ত্র যাদুনা
মখোয় লাক্তবা ঙমদদুনা লাক্লিবনি।
হেক লাকপগা ঈ চূপ্লতনি ঐগী ইথৌ হায়ববু।
ফবে হায়য়ু নঙগী কাববাবনা কবম তৌবা ?'
ঙা ফাবনা খুন্নকই ঃ
'ঐগীদি লৈত লাইব থিবগুম কোয়চৎ চৎলি।
পাৎ তুবেল কুম্মী তীনফা কাকফৈ লিন মবক্তা
লাইবক ফবগনা ফাবা ফত্তগনা কাংবা।
অপঙবা ঙাদুখক্তং থুবনি ঐগী লাংদা।
তাৎ পাৎ ওইদ রাহৈ য়াওদ্রবদি
মখোয় থুবিবা নত্তে ঐগী লাং অসিদা।'
মিনা হায়বকই ঙাদা অমুক ঃ
'ঙা নঙগী কাববাবনা কমদৌবা কাববাবনো ?'
ঙানা খুন্নকই খুম্মীংদনা ঃ
'ঐগী হায়ববু কোয়চেন চেনবনি
ঙা ফাবগী লাংদা থুদনবা
অচৌবা ঙাগী খয়াত্তা তাদনবা।'

(১৭ জানুবারী, ২০১২)

## থাজদবা থৌদোক

নোংমদি থাজদবা থৌদোক অমা থোক্রে।
মশক ফজববী খুনগী লৈশাবীশিংনা
সনাবুন অমমম পায়বদুনা
খুনগী পূখ্রী অচৌবদা ঈশিং শোকপা লাকপদা
ঐগী য়ূমদা থুংলবে।
মখোয় ময়াম্না ঐবু
ইকোয় কোয়না য়োমশিল্লগা হায়বকই ঃ
'তাখল্লা ঙসিদি ঐখোয়বু
নঙগী শৈবেং অমা পাদুনা তাহন্দবা য়াদ্রে।'
ঐনা হেক পামজবা ললিতাসু মবক্তা য়াওবে।
মাদি কবিসু হাযজদে
মোমোন মোমোন তৌদুনা লৈ।
ঐনা নোক্নুনা মখোয়দা হায় ঃ
'এঃ কদায়দগীনোদা!
নখোয়না হৈনবা পোৎ নত্তেদা শৈবেং হায়বসে।
ঐগীদা শৈবেং তাবম্মী হায়দুনা ৱা ৱা লাউগনি
নখোয়গী ইজ্জৎ শোক্কনি
নবুং নপৱাশিংনা ফূবি চৈবিগনি।'
ঐনা হাযবা য়াদবে
শৈবেং পাদুনা তাহনবদা তাবে।
ঐনা হংই ললিতাদা য়েংনা য়েংনা ঃ
'কবম্না শৈবেংনো নখোয়না পাল্লিবসে ?'
মখোয় ময়াম চপ মান্ননা হায়বকই ঃ
'অপাম নুংশিগী নুংশি নুংওনগী শৈবেং!'
ফবে ফবে হায়দুনা
শৈবেং অমা পাবে ঐনা।

"... মোমোন্তা নোক্নুনা লৈবী
য়াববসু নোকপী য়াদ্রবসু নোকপী

হায়দা হাযকব্বদি কিজৈ
তথি তথি তনা তনা চৈবক্কনি।
লোন্না লোন্না য়েংজৈ
লাইববা লমজা ওইবনা
নুংশি ফোঙদোকপদি ঙমজদে।
কবন্বা উপায তৌবগা নঙবু
ঐগী ওইবা ফংজগদগে '?"

পাবা লোইশিল্লকপদা মখোয়গী মবক্তগী
কুচু মুনং তৌবী অদুনা
তাপ লাউনা লাকখবে ঐগী শৈবেংদো।
ঐনা লৌবা য়াবোই হায়কব্বদা হায়বকই ঃ
'ওস্থোক্রা লীকখ্রে মসিগী নুপাসে!
হো চেকশিন্না থমগনি কবিসু মাঙহল্লোইযে।'
ঐনা য়াবোই হায়বা তাদনা লৌখবে।
ললিতা ইবেম্মদি নোকমি নোকমি তৌদুনা লৈ।
মখোয়না অমুক হাযবকই ঃ
'তাখন্বা ঙসিদি ঐখোয় মযাম ঈশিং অসে
নখোয়গী পৃখ্রী অসিদগী ওইনা শোকখ্রগে।'
ঐনা য়াদে হাযদবসু য়াদ হায়কবসু ইকায় তৌবিঙে
পৃখ্রীদা কৃমথদুনা ঈশিং শোক্লগা
মখোয় মশেল পঙনোক্তা নোক্রবদুনা
চৎখবে খুনগী নৈশাবীশিংদো!

(১৩ ফেব্রুবাবী, ২০১২)

## কোবী

কৌববকী মচা দুর্যোধনগী দববাবদি নত্তে মদু।
ঐহাক দুশাঃসন ওইবদি পামজদে
অদুবু ঙাইহাক্তি
দুশাঃসন অমগুম পৃক্লিংদা ফাওখি।
ওহ্ণোক্লা ফংখিদ্রবা মীনি মাগী দুশাঃসন হায়বসে!

নঙগী শাডি অদো ঐনা
অসুম চিংথোকপা অসুম চিংথোকপা..
উপায় লৈজদ্রবী দ্রৌপদীগুম নহাক
ওখোংনা কপকদ্রা হায়বগা
নশাদা তিক্রি হৎপ গুম ফাথবা ঙমদনা
পঙনোক্তা নোকথোবকই।
পঙকপ্তা কপ্লি ঐহাক্লা
ফৎত্রবা ইশাগী থৌদৌ উবদা
ফত্তে খঙনা খঙনা ফত্তবা থবক তৌদবা ঙমদবদা।
অয়েংবা ময়ামদি লৈনখি তূমিন তূমিন
কপকদ্রা নোক্কদ্রা হায়বা খঙবা ঙমদ্রদুনা।
শাড়ি অদো অসুম চিংথোকপা অসুম চিংথোকপা ..
কয়াদা ফংখিদ্রবা
হিংচা য়াইতম্বনো ঐহাকসে!
তূক্কচৈদো তূক্কচৈদো!
(ইশানা ইশাগী মায়দা তিন শীৎচিন্নৈ।)
চেকশিন্না থমজবা নৃপীগী ইজ্জৎপু তেমশীংনবদি
কনানসু য়ানীংলোই।
শাডি অদো
অসুম চিংথোকপা অসুম চিংথোকপা
অসুম চিংথোকপা অসুম চিংথোকপা
চিংথোকপগী লোইবা নাইদবা।
অবোইবদদি অবোইবদদি—

অহাঙবা হৢকচাং !

অহাঙবা হৢকচাং নত্তনা কবিসু লৈবমদে।

(১৬ ফেব্রুৱারী, ২০১২)

## অশিবগা করিগুম্বা থেংনবা তারবসু

মীংকা মীংকা মীংচান্নবা য়েংলোই মাবু
খঙশিন্নদনা ঐহাক লৈথোক্লুনা লৈগনি।
মহাক্কা ঐঙোন্দা ব্রাহং কয়া হংলক্লবসু
কৈদৌঙৈদসু পাউখুম অমত্তা পীবোই।
ঐগী মিং হংলকপা খোল্লকবদি মহাক্কা
ঙক্তমক নোমগনি ঙক্তমক হাইগনি।
ঈংনা তপ্লা চীং লেম্না লৈগনি ঐহাক
পাখংপা তৌবোই শাউবসু তৌবোই
নোকফেত্তমক তৌগনি ব্রাদি ভাঙদনা।
ঐগী যূমদা মখোঙনা থোংনা লাক্লবদি
নৃপীদা লৈতে হাযবু হাযনা হায়হনগনি।
বেইটিং কমদা ঙাইদুনা লৈববদি মহাক্কা
ঐগী নূপীদা চা লোন্দুনা পীখকহল্লোই
ফম্লমখৈ ফম্লল্লগা মবাইনা হঞ্জাখিগনি।

(১৬ ফেব্রুবারী, ২০১২)

## অব্রাংবা লমদমগী লৈবাক

মসিগী লমদম অসিদি উপালশিংগী মতোন্দা লৈবনি
ব্রাংলবা চীংগী মতোন্দা লৈবনি
লৈচিলগী মথক্তা তাউদুনা লৈবনি।
(স্বর্গ হায়বা লমদমদুদি নত্তে।)
মী পূম্নমক মানা মানা ব্রাংজবদুদগী
থোইদোক হেন্দোক্লা ব্রাংই।
নূপাসু নূপীসু খূনীং ব্রাংবী খোঙভূপ তোংই।
খূনীং ব্রাংবী খোঙভূপ তোংনা তোংনা
চৎপদা খূনীং কাঙনা কাঙনা চৎলি।
শাংলবা মখোঙশিং অদুনা চৎপদি
ওম্থোক্লা নোক্লীংগ্রে —
সার্কসতা শাংলবা ব্রা অনীনা
মখোঙ ওইনা তোংলগা
ব্রা অনীদু মখূৎনা পায়বগা চৎপসিঙায়।
মখোয়না ব্রা ঙাঙবা মতমদা ব্রা ঙাঙদে
তূম্মিন লৈবনসু কবিমত্তা হায়দে হায়বা য়াদে।
ঙাঙবা মতমদা লাউনা লাউনা ঙাঙই
অবাপ্পদা লৈবা মীবু খোঞ্জেল ব্রাংনা কৌবগুম্না
মীঙোন্দা চৈ থাংবগুম্না।
ব্যবহাব লৈনা লৈশি লৈথোন্না
নুংশিবা ব্রাহৈনা ঙাঙবা হৈতে;
মতম পূম্বদা শাউদুনতা লৈ মখোয়।
মশা অদুসু লাইহৌ হৌবগুম্না মৈ হৌনা শাবনা
খূৎনা শোকপা ঙমদে।
নোকপা মতমদা নোং খাকপদৌনা
খংহাই খংজিন তৌবগা নোকই
মশা অদু নাক য়েৎ থোক থোক হাইদুনা নোকই।
মখোয়গী য়ূমদি ব্রাংনা ব্রাংনা শাই।
ব্রাংল ব্রাংলবা মীশিং অসি

অহ্রাংবা দলালশিংগী মথক্তগী
মখাদা চৎলিবা মীশিং অসিবু
এবোপ্লেন মথক্তগী য়েংথবগুম্না
তীন কাণ্ডগুম্না উবজাৎনি।
অদুবু মখোয়না লৈনবিবা শহব লৈনবিবা যূম
মশাগী অমত্তা নত্তে; মখোয়দি
মীগী মবমদা মীতোপ ওইনা
মীগী যূমদা লৈবনি শাইদাংদুনা।

(১৬ ফেব্রুবারী, ২০১২)

## ব্লাকং

য়ুম অসিবু কনা কনা লৈবগে
চিঠি অমত্তা থাদবমগে ?
চিঠি অসে ইশানা ইজবনি।
পুবিনবা কনা লৈতবনা ইশানা পুবদুনা
ইখোঙনা থোংনা হেক্তা লাক্কবনি।
এদ্রেস খঙদদুনা থিবা কয়া বাক্রে।

মশাবু লৈব্রা ?

কনাসু খুম্লক্তে।

ঐনা ওইনা মনুংদা চঙলগা মপু শাবগা
লৈতে হায়না খুম্বা ভাবিববা ?

(৫ মার্চ, ২০১২)

## ব্রাকৎ উপু মঙক্তা শিবা নূপা

নূপা অমদি মাগী শাংলবা জিবাফকুম্বা মঙক অদুদা
নাকন অমদা খূবদগী খূববা মখূন অমা ফাংপা
ৱাখলনা পৃক্নিংনা নুংশিংনা নত্তনা চঙবদা ৱাগদবা
খোইগী উপু নংত্রগা বেলোট বোক্স মানবা
ব্রাকৎ উপু অমা য়ানশিল্লগা কোযচৎ চৎলি।
ময়ূম য়ৌবগদি লৌথোক্লনা য়াল্লি লুখুমগী ফক্নাংদা
চখোক্লমদাইদনা মদু লৌথোক্লগা মঙক্তা যানশিল্লি।
য়াঞ্জবগী ৱানি কনানসু ব্রাকৎ চে থাদবিবা নত্তে।
কনানসু কবিসু থাদদবনা মনুংদা কবিসু য়াওদে।
থাদববসু য়েংবিবোই মনুংদা তাদুনা অদুম লৈগনি।
মীগী ব্রাকৎ তাবিদুনা মীগী অৱাবা কোকপিগে হায়দুনা
ব্রাকৎ উপু অদু য়ানশিনবা নত্তে মহাক্না মঙক্তা।
মহাক মীযামগীদমক খনবা মীনি হায়না অউবনা খন্নবা
ৱাখল মুন্না খল্লগা মহাক্না উপায অসি পুথোকখিবনি।
ময়াম অসিনসু মহাক্না কবিসু তৌবোই খঙবনিনা
কবিসু থৌশাদে কনানসু মদুবু থওইনা য়েংলুদে।
অদুবু য়ানশিল্লিবা মহাক্নদি উপু অদু হাঙনা লৈবদা
মশা মতোমত্তা অসুম খল্লুবগা খজিত্তংদি ইকাযজে।

(৫ মার্চ, ২০১২)

## লমতাগী থাবল

কয়াদি কুইবে থাবল চোংলক্লিবসে ঐখোয়না ?
নুমিদাং চাকঙন চাবগা পূং তবেত্তা হৌখিবা
অহিংগী পূং বাবো হেনখবে অমা তাখিদৌবে।
ফনা কুইবক্লে থম্মোয় অনীনা ব্রাবী শানবকখিবা
খূৎকা খূৎকা শম্নদুনা মীৎকা মীৎকা য়েংনদুনা
লৈপাক অসিদা কবিনো অমদি ওইফম থোক্লে
মৈ ঈশিং নুংশিৎকী ফীভম খবদি ফগৎপা যাবে
লো এগুওর্দব অসি অমুক্তং মকু হুবা য়াবে।
মতম কুইনদগী অসুম শিদুনা লাক্লবা অঁশিবসু
তিন অমুক্তং য়োৎথবগা খম্বুবা মতম ওইদ্রিববা ?

(২৩ মার্চ, ২০১২)

# অঙকপনা থল্লবা লমদম

অঙকপনা থল্লবা লমদম্মি মসে '
মীগী ঈ চূপ্লগা মীগী ঈ থক্লগা
মশা ক্রোবপতি ওইননবা হোৎনবা
মী কয়াগী রাবী তাবে;
তাবতা নত্তে উস্ উবে।
(হৌজিক হৌজিক মাঙদা অমসু চৎলি ')
মীগী ঈ থক্লবদি হিংবা ঙমদে মখোয়।
দ্রক্তা লাইচুবগুম পৈশাদা লাইচুববা ঙাক্তনি।
মীবু খূদক্তা হেক্তা শিহনবা নত্তে
তপ্না তপ্না লাইনাগী লাইওঙ খঙহন্দনা
কনানা চখিবিবা অত্যাচাবনো খঙহন্দনা
অসুম খজিক খজিক নাহনবনি
তপ্না তপ্না হাৎপনি ম্লো পোইজনিংনি '
মীশিংসু ফনা খাঙবা কল্লি।
(খাঙবা কল্লগা ফম্মেন ফম্মী, নৎত্রা ')
খাঙই মখা চীক্লনা শুগৎলগা
খোঙ হাম্বা যাদ্রবদা শুগৎলগা হাম্লবা হোৎনবগুম্না,
নাই হায়বা পাঙদবনি হায়খিনি খনবজাৎনি।
অসুম অসুম মযাঙ কংশিল্লক্লনা মখোয়
হৌজিক্তি শবাতা ঙাইশিল্লক্লে।

অদুবু কয়া কুইনদি অসুম্না খাঙবা য়াগনি '
খঙহৌদনা মতম কুইনা ওমদুনা লৈকববা
মৈগী চীং অদু পোকখায়বক্লে
অশাউবগী শৌদোক্লবা মহী হৈদোবক্লে
লাউবক্লে মায়কৈ মবিদগী ঃ
'অবানবা তৌবা তোকউ ঈ চূপ্পা তোকউ।'
মখোয়গী মায়োক্তা গ্রূপ গ্রূপ শেম্লক্লে
বেলী চৎলক্লে মিটিং তৌনবক্লে।

নহানমখৈ তূন্নুবা কয়া হৌগৎলকই
মমীৎ নোইব নোইবদুনা
তিংলী য়াংলীবদুনা হকাম রা রা চল্লদুনা
তূমশীৎ ফাদনা নমদুনা হৌদোকপিববগুম।
অবানবা তৌবশিং অদো ফানবক্লে
খবা অমনা লোৎখবে কিবদুনা,
ময়ূম মকৈ থাদোক্তুনা চেন্নখবে।
খবা লৈবগা তাবকই নাকোঙসিদা
শান্তিগী রাবী শান্নবে মখোয়
বাউণ্ড তেবলদা কোয়না ফন্নগা,
খববদা য়াওবক্লে য়ানবা পুবক্লে।
মীনা মীবু ঈ চূপ্পা তোক্লগনি
নুংঙাইবে নুংঙাইবে নুংঙাইবে।
কুরুক্ষেত্রগী লান — লান লোইবে
অচুম্বনা জয় ওইবে জয় ওইবে।

অদুবু কুইদে ঐখোযগী নুংঙাইবা
মহৌশাগী ফীভমদা অমুক হঞ্জিল্লে
ঈশিংদা লৈতূম্না থাদবদা ঙাইহাক্তং
ঈথক ইপোম ময়াম'শেমদুনা চাইখায়কবগা
অমুক হান্নগী ফীভমদা হঞ্জিল্লকপগুম।
ঈ চূপ্পশিংনা ঈ চূপ্পা অমুক হৌবক্লে।
তূমদুনা লৈবা মীশিংসু অমুক তূমথখবে।
অরাবা খাঙবদা হৈনজবা মখোয়শিংসু
অমুক হন্না অরাবা খাঙখবে।

(২৫ মার্চ, ২০১২)

# মসিদি ঐগী য়ূম্নি

কনানো মপান্দা লেপ্তুনা কৌবিবা
মসে নঙগী য়ূম্নি কবম্না হায়বিবনো ?
নঙগী হকচাং অসিগী মনুংদা
চহী কয়া অসি লৈবক্কে
ঙসিদি মসে ঐগী হায়বদু ওইববনি।
অপাইবা থৱায় ওইনা
পাইদুনা লৈবকপা
ইয়ূম লৈজদবা ঐহাক্না
ইয়ূম থিবা কোয়না কোয়না চৎপদা
লংথোক্লুনা থনম্নবা ইহাঙ হাঙলবা
নঙগী হকচাং অসিবু থেংনকর্বনি।
অতেক অকায শেমজিঙ্গে
শীত্তোক নাম্থোক্লুনা লোইশিঙ্গে।
খববদা বেদিওদা টি ভী দা
পাউ চেন্নখি নহাক লাক্লো হায়না
হল্লকপা কৌবা লৈখিদে নহাক্তি।
নশাগী য়ূম লৈনা লৈনা
অতোপ্পা মীগী হকচাংদা চঙ চঙদুনা
মীগী য়ূম্বু নয়ূম শাদুনা
মীগী বা ঙাঙদুনা মীগী চেঙ চাদুনা
মতম কয়া ইথক ইবাংদা লুপ্তুনা
নয়ূমদা হুনগনি হায়বা হেক কাউবমখৈ
নুংঙাইনা লৈথোক্লুবগা নহাক্না
হৌজিক্তা কবিগীনো নীংশিংলক্লিবা
নশাগী অশেংবা হাকচাংবু ?
নহাক্না হায়নীংবা মফমদা হাযকচো
হৌজিক্তি মসি ঐগী ওইববনি।

(২৫ মার্চ,২০১২)

## হনবদি হল্লরোই

তপ্না তপ্না ফনশাংনদি লাক্কে ঐহাক
পীক্লবা খোঙলম্বী মচা অসিদা।
চংকনি ঐহাক লেপ্লদি লেপ্লবোই।
চংলিবা লম্বীসিগী অবোইবদা
লৈপাক অমা শোয়দনা লৈবমগনি।
লৈপাক অদুগী মনুংদা
শহব অমদি শোয়দনা লৈবমগনি
ইথোল অমা লৈবমগনি
য়ূম অমা লৈবমগনি।
ঐনা য়াম্না থাগ্না হন্দোক্লম্লবা
ঐগী লৈপাক অদুদা কৈদৌঙৈদসু
অমুক হন্না চংলবোই ঐহাক।
হৌজিক্তি মফম অদুদা অমুক হল্লুববসু
ঐগী নুংশিববা লৈপাক অদুদি লৈবম্লবোই।
মদুগী মহূত্তা লৈবম্লগনি
অতোপ্পা লৈপাক অমা
অতোপ্পা শহব অমা;
লৈবম্লবোই ঐগী খাংপোক অদুসু।
হম হম চাউবক্লিবা তমথিববা
শহব অদুনা শোয়দনা য়োংশিল্লম্লগনি।
তপ্না তপ্না ফনশাংনদি লাক্কে ঐহাক
পীক্লবা খোঙলম্বী মচা অসিদা।
মাঙদা অসুম চংল চংলগা
হনবগী লম্বীদি অসুম মাঙখবে।
অদুনা মাঙদা অসুম চংপা নত্তনা
অতৈ লম্বী অমত্তা লৈতে।
অসুম চংবা তাই অসুম চংপা তাই
শহব কয়া লান্দুনা খুঙ্গং কয়া থনমদুনা
অনৌবা লৈপাক অমা থিবা তাই।

অসুম চংকনি অসুম চংকনি
ইশাগী অশেংবা লৈপাক অদু ফংদ্রিবফাওবা,
হনবদি হল্লবোই ঐহাক।

(২৬ মার্চ, ২০১২)

## ঐগী ইথোল

য়ুম অসি কয়াম কুইববগী মমাঙদগী
লৈবক্লবনো হায়বা খঙদে।
পীক্লবা য়ুম্নি; কাশিং পীকই
ইশা অসিদমক লৈথোক লৈশীন তৌবা য়াই।
ধ্যান তৌদুনা লৈবা য়াগনি
তৃমিন লৈবা য়াগনি
লাউবা খোঙবদি চল্লোই।
পীক্লবা ঐগী ইথোলনি;
য়ুমগা ইথোলগা চাউবা খেন্নবা নত্তে
ব্রাকিং চংপা হকচাং শাজেল তৌবা যাবা নত্তে।
য়ুমদগী হেক মপান থোকপদা
ইথোলদগী মপান থোক্লে।
য়ুমগী অকোয়বদা
ইতেক তেক্লবা নোংখাঙ চাইববা
শম্বল অমা লেপ্লি।
শম্বলগী ব্রাংমদা লৈবিবা
পাক চাউববা লম অসিদদি
মী অমত্তা তাবা উদে।
লমহাঙ খবা লৈ শঞ্জাবুং ওইনা তৌই
উমং ব্রামং খবসু লৈ।
ঐগী ইথোল অসিদি য়াম্না পীকই।
শম্বল অসি থাংদোক্লুনা
ইথোল অসি খিত্তং চাউথোকসিবা খল্লি
মশু অমা কদায়দগীনো খোবক্লুনা
মাগী লম্নি হায়বক্তদ্রা হায়নসু চিংনৈ।
য়ুম অসিদগী মপাল থোক্লুনা
অসুম কোয়থোকসিবা খল্লি
তমথীববা শা কৈ লৈবমদুনা
খুদোংথীবা নংগদ্রা হায়বসু ব্রাজৈ।

ইখোল অসি খিত্তংদি চাউথোক্লীংই
কনাদা হায়গনি কনাসু লৈবা উদে!

(১১ এপ্রিল, ২০১২)

## শেল-থুমগী ব্রাফম

১

লীকশিনবা হায়বসি তৌদবা য়াদ্রবা থবক্তি।
চাথোক থক্তোক্তনা শেল তৃংশিনবনা
কান্নবা য়াম্না পী।
মীগী মপুক্কী অমদা
খয়াৎ অসিদা চঙখ্রিবা
চাকখাউ অসিদা তুমদুনা মাঙখ্রিবা পৈশাসিবু
লাখ লাখ কয়ানো ক্রোব ক্রোব কয়ানো '?
মী হায়বসিনা চাবা থকপসিমা য়াওবমদ্রবদি
শেল-থুমগী অবাবা লৈবগ্নোই।
মশা মশাগীখক্তং লৌশিন্নবা হোৎনবদা
খৎনবিবা চৈনবিবা হাৎনবিবা ময়ার্মসি লৈবগ্নোই।
চাকখাউ অসিতা থলহন্নবা হোৎনবদা
কয়াদা অবাবা ওইববা ঐখোয়সে!

২

ঙাবু নুংতিগী চাববদি
পৈশা পায়বা ঙম্নবোই।
বৌবু কে.জি.দা কয়া পীগ্রগে '?
কয়া কুইনবু চীন্দা হাউদুনা লৈগবনো '?
চাগ্রগা লোইনা তুমদুনা মাঙখিনি খনবদা
ঙা চাগদবদুম পান্মুই।
নুপীনা হায়বক্লিবসি কুইবক্রে ঃ
'শবেঙ থোংবা অমুক্তদি পীজৌ।'
বৌগী মহাউগা শবেঙগী মহাউগা কবিদা খেন্নবগে ?
লূপা লাখ অমা পীবা ঘড়ী শিবগা কবি কান্নদৌবিনো ?

ঙাবীবু ওম্থোক্লা তাঙখ্রে।
কে.জি - কে.জি দা য়োল্লম্বদুনা অসুম পীকথবক্তুনা

পবা পরাদা য়োল্লে হৌজিক্তি।
ইজিপ্টকী মম্মীশিং (ইমাশিং) অদুবু
কবি চা থক্তুনা অসুক কুইবসি
শকফম ইকায় কায়দনা লৈবম্বগে ?

৩

মীওইবনা কয়া কুইনা
চাদ থক্তুনা হিংবা য়াবগে—
শৃঙ্গগী মীৎকৃপ অমখক্তং হিংববা
নৎত্রগা শিবা নাইদনা অসুম লৈববা ?
অফবা মীনি পৎ পৎ থৎলিবসে
ফত্তবা মীদনি মরূনা যৃদুনা লৈবা।

ঐনদি খজিক খজিক হিংজৈ
চাথোক থক্তোক্তুনা,
চহী চামগী মথক্তা হিংগে খল্লি।
মথংগী মপোক্কী খবসু তৃংশিঞ্জে।

(১৪ এপ্রিল, ২০১২)

## য়োংচাক্কী কারবাব

১

য়োংচাক্কী কাববাবসিদি
সনাগী কাববাবদগী হেল্লি।
য়োংচাক মপূমগী কববাবদগী
য়োংচাক মকগী কাববাবনা হেন্না শেন তোংই।
চহী য়াল্লবসু ইনৌ নৌনা তদেক তদেক
ফজবা মাঙদনা লৈবা মীগুম।
(এভবগ্রীন হায়নবদো।)
নুমিৎ কয়ানি য়োন্দি য়োন্দনা
মশক ফজবী লৈশাবী অমনা
নুপাশিংবু মথম্মোয় প্রোক প্রোক চাকহনবগুম্না
লেন্ন লেন্নদুনা চাকহল্লম্লগা
কুইশিল্লক্তুনা মুশিল খুইজিল্লক্লবসু
নুংনাংনীংঙাই লৈতে।
খুইববা উনশাবু লিন্না মকু হূবগা নহা অমুক ওইবগুম
মকু খোক্তোক্লগা ইনৌ নৌনা
মকদা অমুক কাববাব তৌবা য়াই
নূপী অঙাং লৈববা নূপা অমনা পাখং শাবগা
অতোপ্পা নূপী কোযবগুম্না।
নূপা মঙাগী য়োংচাক মক তবাদমক তৌই
অমত্তং হাপ্লু হায়কববদি
শেল মাঙই হায়বকই।
অদুগা উয়ান্দগী তেঙ্গোত্তা হাপ্তুনা চাববা য়োংচাক মকদু
ইবেঞ্জনা চামখোক্লগা
কৈথেল্দা অমুক থাদোকপা য়াগনি
ফজনা অমুক পেক তৌবগা;
হেন্না শেন্দোং লৈগনি।

২

য়োংচাক বোম গুলী মখল অমনি।

মখল কয়াগী লাইয়েংদা কায়ে—

*নো সাইদ ইফেক্ট!*

পূক নুংঙাইত্তবা নুংশিৎ কাবগীদি

য়োংচাক মক্ত অমমম নোংমদা অনীবক

পূং ১২ / ১২ কায়বগা চাবা তাই।

শ্বব নমথীবা ফহনগে হায়বর্বাদ

য়োংচাক মক্ত চীন্দা লৈগী লৈখাদা

খৈনি উন্নগুম্না উন্নগা য়াগনি।

য়ূমগী মনুংদা অকোয়বদা মনীংগী চাকশঙদা

মনম নমথীবা ফহনগে হায়ববদি

হকচাংগী মেচিন্দা থাজিন্দুনা

য়োংচাক মক্তবু শুংদোক্লগা

দি-ওদোবেন্ট ওইনা চাইথোকপা যাগনি।

নংত্রগা কর্পুবগুম্না অলমিবা মনুংদা থম্লবদি

র্থামদগী ঙাকথোকই,

হূবানবনা পোৎ লায়না হূবা ঙমদে।

কনাগুম্বনা লম মিহৌবা য়ূমথংনবা মীগী য়ূমদা

লংশিন্দুনা পোকথায়হনবা যার্গান।

মমাঙঙৈদা কল্লবা লাঙ্গাও কয়াদা

মবাল লৈজদবা ময়াম শিখিবা অদুদা

থাদখিবা বোমশিং অদুবু

য়োংচাক মক্তগী বোম নত্তববা '?

অদুগা হকচাংগী নমথীববা মনম্নু নুংশিহনবা ঙম্বা

লৌনম মহী 'সেন্ট' শেম্বদা শীজিন্নৈ।

(১৪ এপ্রিল, ২০১২)

## মখোয়সিবু কনানো ?

নত্তে মখোয় অসিবু
অশেংবা লৈবাক অসিগী মীবা
নত্তুগনা মানবদমক মানবা ওইদবা নকলিবা ''
রাঙাঙ খুদিং 'ঐখোয়গী' তপ্লিসি তাওনে
মশাগী ওইদ ওইবদৌবোই নীংই।
অউবা খুদিং অফংবা খুদিং
মপা মপুনা থম্বিবম্বা লন থুমগুম্না
থুগাইদুনা মাঙহল্লি লুট তৌই
শীজিন্ননীংবা মওঙদা শীজিন্নে।
মখোয় অসিবু কনানো হায়দুনা
ফাইল ফাকত্তুনা থিদ থিগৎলুববদি
মখোয়গী মমীং লৈবমদে;
খঙদে হায়বকই হংলুববসু।
অপাইবা থবায় ওইনা ভূত প্রেৎ ওইনা
অশেংবা মশক লোত্তুনা
হিংই লস্মোথানবীগী পুন্সী অমদা
ঙাইহাক ঙাইহাক্কী পুন্সীদা ফৎ ফা ফৎ ফা—
মফম অমদা ঙাইহাক মশক উৎলম্বা
অদুদগী অমুক মাঙখিবা
মফম অমদা অমুক থোবকপা।
কবিগুম্বদনা অশেংবা মীগী শক্তম ওইনা
নুংঙাই য়াইফনা লৈ
চানীংবা চাদুনা শেৎনীংবা শেত্তুনা তৌনীংবা তৌদুনা।
চুম্না সুম য়েংবদদি
খঙবা ঙমদে কনানসু অশেংবা মশক।
মীচমশিংগী মবক্তা লৈশিন্দুনা
মশক খন্দোকফম খঙহন্দে।
লৈ লৈ হায়বগা চঙদা চঙলুববদি
অসুম হন্দোকখি মখোয়

অদুগা অদুমক মাঙখি;
অগ্নি পবিক্ষাগী মতম য়ৌবকপদদি
হন্দোকখি মখোয় মায়থীবদুনা।
তাং পাংনা থল্লবা মপাম্বোংগী সংসাব অসিদদি
মখোয়না ঙমদবা লৈতে চুমদবা লৈতে।
য়েংঙু লৈবাক অসে ওম্বোকপা ফীভম অমদা
খোনি অমগী কোখোল্লবা মশাগুম
কোম শানা লৈবিবা অসে
মখোয় ময়াম চঙনা পেকপদগীবা ?

মশামক্কী লৈবাক্তবু অসুম্না তৌনব্রা ?

(১৫ এপ্রিল, ২০১২)

# য়ূমগী নূপীগা অন্নায় অখুম তৌনবা

১
এঃ কবিনো হৌজিক্কিদো ফং লাউনা ঙাল্লম্বদো ?
মৈ নত্তববা?

কদায়দগী মৈনোদা চোইবোল লোল্লক্কনু নূপা।
চহীসু নিফু খবদমক হেন্দা মঙায়বি
নমীৎ অদু ফং লাউনা কূপ্পদুম ওইবিনি।

২
ঙসিগী অহিংসি নোংলৈ-নুংশিৎ কন্না তৌইদা।
কৈদৌরে তূমদনা হৌগত্তুনা লৈববদি, নূপী ?
য়ূমথক পাইথোকখিগনি হায়না খাববা ?

নত্তেদা নত্তেদা।

কবিগুম্বা উজাউ অমা তুবক্কুনা
য়ূমদা নন্দুনা শোক্কনি হায়বগীবা ?

মদুসু নত্তেদা।

অদুদি কবিগীনো তূমদনা অসুম লৈববদি ?

কবিসু নত্তেদা কবিসু নত্তেদা
অসুম কিজবা; তম্বা ঙমদেদনা।
তম্বা ঙমদবদুনি ঐনা য়াম্না কিজবিসে!

৩
শৈবেং ইবদু খীৎ তোক্লো খাবনা শিবা তাবে
কবি নূপানোনে মসিবো তূম্মো থেঙলে হায়বা।

অহিং চুপ্পা অমা থাউমৈ অমগা
কলম অমগা বোয় অমগা সুম কুন্দুনা...

ঐনা তৌনীংদনা তৌবা নত্তেনে ইবেন্মা
ব্রাফম অসি নঙোন্দা হায়বগা ক্ববম্লা খঙহনগনি ?
মী লাক্লগা মপান্দা অসুম লেপহল্লগা হলহনব্রদবা ?
কবিনো হায়বদুদং ওইববসু হংবদি ফৈদনা।
য়াম্লা কুইবোই ফমহন্দ্রবসু য়াগনি
লেপ্লা লেপ্লা হেক্তা শানগে।

নঙগী চোইবোলদু লোল্লক্কনু তানীংদে।
নঙ ঙাওববনি নঙ ঙাওববনিকো।
নঙনা ঙাওববদি ইচা ময়ামসিগা
ক্ববম হায়না য়ূম পানগদৌবি ?

নত্তে নত্তে নঙনা হায়বিবদু শোয়বে
ঙাওদ্রবদি ক্ববম্লা কবি ওইগনি ?

(১৫ এপ্রিল, ২০১২)

## নোংলৈ নুংশিৎ

ঙসাইমথৈদি কবিনো নোংলৈ নুংশিৎ অসিনা
খংশীৎ খংশীৎ শীৎপও খাকপও লাউবও
পৃথি থক্তা মখোঙনা থীন্দুনা
মৃমগী জিঙঘদা দাঙ দাঙ য়ৈদুনা
কয়াদি থীনা কিহনখবে—
শিদ শিবদবোই হেক নীংই!
হৌজিক্তি শাউবনা কবিসু কান্নদে হায়বা
খঙলমাল্লে মহাক
মকথী পুথোক্কুনা হন্নব্বা
অখাক অবাউ তৌবম্বা পূম্বা লেপখবে;
শান্তিগী মহী অদুতমক ওবো ওবো হৈথবি।

(১৫ এপ্রিল, ২০১২)

## ৱাহং অমত্তং হংনীংই

ৱা অমত্তং হায়নীংই।
ৱা অসি হংগে খন্দুনা
খদাঙ অসি থাদবগা
চীন অসি লাওনাকাথোক্লগা
হায়ননবগী তাঞ্জা ঙাইবকপা
মতম কুইবক্লে।
অদুগা নহাক্তি
নশা অদো ইচিন্তা চিল্লি।
ঐগী ৱাকৎ ময়াম অসিদি
কবিসু নত্তে হায়না খল্লি নঙনদি।
নঙগী ৱেইটিং কম অসিদা
অচৌবা থৌদোক কয়া থোক্লি
অঙকপা থৌদোক কয়া থোক্লি
অৱোৎ অফোংগী লীলা শান্নবি।
নখূৎ অদো থবক চিল্লি।
অমুক তিংথোকপা অমুক লৌশিনবা
অমুক তিংথোকপা অমুক লৌশিনবা
মদুতং তৌনবা হোৎনবদা
ঙাইহাক্তং ফাওবা শংজদে।
নচীন অদো ঙাইহাক্তা লেপ্তে
নয়াদা কোঙ্গোল হেক কাবমখৈ ঙাঙদুনা লৈ।
অঙকপা মখলগী কাববাবনি—
চঙখিবগা থোবকপগা চঙখিবগা থোবকপগা
চঙখিবগা থোবকপগনা
নুমিৎ তাখিবা খঙহৌদে।
থোঙ হাংই গে লাউনা
থোঙ থিংজিল্লি গম লাউনা।
ওফিসাব লাকই অচৌবা লাকই
নুংশূক নুংজাননা লাকই

থোকখি নোক নোক্লুনা নোক নোক্লুনা।

লোইব্রা লোইদা লোইব্রা লোইদা

কয়া কুইনা শানব্রিবা ৰাবীনো!

অমা অমুক লাকই

ৰাবী মখা শমথখি।

নঙগী নফমদা ব্রাকৎ অসিমত্তং তৌজগে খন্না খন্না

নোংঙাল্লকপা নুমিৎনা

ঙান্দুনা অদুম লৈবদি য়াদবনা

নুমিৎ য়ুংলক্লুনা

অদুদগী য়ুংদুনা অদুম লৈবা য়াদবদগী লৈথবক্লদুনা

য়াচঙলক্লে খাম্বা য়াদনা

তাখিনু তাখিনু হায়বদা য়াদনা

ফত্তে হায়বা তাদনা।

অদুদগীদি অহিং ওইবক্লে

চোকথবক্লে হকচাং পুম্বা।

ব্রা অমত্তং হায়নীংই।

মী উদবা গোদাউন অমগী কাচিন্দা

মখোঙ মখূৎ পুনশিন্দুনা মচীন মেনশিন্দুনা

ঙাইহাক ঙাইহাক্কী য়াননবা নমশিন্দুনা থল্লিবা

সমস্যা ময়াম অসিবু

ফবক্লদগে কবম্বা মতমদা ?

ব্রা অমত্তং হায়নীংই।

হায়নীংবা ব্রাদি য়ামগ্রে

লৈখবে থম্মোয়-য়ানুং অসিদা

পীক হেক থন্না।

তাগদবা নহাক্তি

অহিং নুংথিল নাইদনা

ইচিন্তা চিন্দুনা লৈববা নচীন্দা

ব্রাকৎ অসিমত্তং

মীবৎ নাবৎ য়েংলগা

থৌবীনা পুনশিল্লবা ফাইল অমগুম

থোক লাউনা পীশিনগে খন্দুনা
ঙাইবিবসে কুইবক্লে।
ব্রাকৎ অসি পীবমগে হায়দুনা পুদুনা চৎপনি ননাক্তা
হল্লকপদসু অদুম লাক্লে পুবদুনা য়ুমদা
হায়ননবগী তাঞ্জা ফংদবনা।
নঙগী চাউববা থবক ময়াম অদুগী মবক্তা
পীক্লবা ঐহাক্কী ব্রাকৎ ময়াম অসে
কবিসু ওইদবে।
কবিসু ওইদবে।

(১৬ এপ্রিল, ২০১২)

## শম অমসুং শেল-থুম

শম ককফম অসিদা মীনা কৃক কৃক ঈন্নে।
শম অসিনা ওহ্নোক্লা থুনা থুনা শাংখ্রে
ককপদা ঙায়বি শোঙজিল্লকপনা হাল্লি
লাকওম ফাওমদ্রবা তমথিববা উমং অমনা
ইকোয় কোয়শিল্লকপগুম্না।
মসিবু ঈকজদুনা চামথোক্লবা হোৎনবদা
মসিবু শমজেৎ হাত্তোক্লুনা
মপৃম্বু মচেৎ তাহন্দনবা হোৎনবদা
মহৌশাগী খল কায়হন্দনা থম্লবা হোৎনবদা
মহাকপু য়াননবা থেম্বদা
তৃম্বা চাবা খওখিদবে ঐহাক।
কোক অসিদা য়োমশিল্লক্লুনা
অফবা বাখল কয়াবু মাঙশিল্লক্লে।
ফল তাদ্রবা অঙ্ক কয়াগী
তংদু লৈতাদ্রবা ফীভম কয়াগী
ফত্তবা বাখল কয়াগী মকোন ওইবক্লে।
অফ ফত্তগী বাখল মাঙখবে
মীনা ঙাওবা তাখিদবে।
মীবু ওৎ নৈবগা মীবু বাহল্লগা
মহাক্কী নুংঙাইবা ওইখবে।
মহাক্লা ঙাঙবনা
অচুম্বা ঙাক্তনি হায়না খনখবে।
অতোপ্পা মীগী বাখলদা
মাগী বাখল নমশিনগে খৌবাংলক্লে।
মীগী বাখলবু মহাক্লা
শেমদোক শেমজিন তৌগে হোৎনবক্লে
শোমদা শুই নমদুনা মদুবু
নুংঙাইনা শান্নগে হায়বক্লে।

*শমককপা ওজা মখুৎ অদু ঙাইহাক্তা লেপ্তে—*
*শম ককপগা পৈশা লৌশিনবগা হাপচিনবগা*
শম ককপগা পৈশা লৌশিনবগা হাপচিনবগা।
শম ককপা লাকপা মীশিং অদো
অরাবা কয়া নুংনাংবা কয়া
মকক মকক কক্লগা
থনগ্লে থাদদুনা শম ককফমগী লৈমাযদা;
খংয়াং য়াংখবে হবাউ হবাউ থোকখবে।
অসুম থোবকপদা লম্বীদা থেংনবকই ঐহাক্না
মকোক ফজনা তাঙলবা নূপা অমা।
মহাক অসিদি জ্ঞান লৈবা ভদ্রলোকসু মাল্লি।
নূপা অসিবু কয়াদা কল্লকপা ঐনা '
ময়ায়দা মখল মখলগী ঙানা থল্লবা
চশিং পীক থল্লবা ইবং লংলবা পৃত্রী অমগুম
মতাইদনা লৈখল শুনা শাৎলবা লৈকোলনা
ইকোয কোযশিন্দুনা ঙাক শেনব গুম্না লৈবা।
কয়াদা লাইবক ফনবা নূপা অসে '
মহাক্কীদি লৈবক্লেইদো
অরাবা লাঙতক্লবা নুংনাংবা কয়া কয়া।
খবা চৎলগা অমুক উবকই ঐহাক্না
মফি মবোল লূর্গনি নানর্গনি খঙদ্রবা
মশম মনা কক্লবা মকোই মবাং চোম্লবা
ইমোৎ মোৎলবা জ্ঞান চোইববা নূপা অমা।
মহাক্কী শম কোই অসিদি শমককপশিংনা
ফন্না য়াম্লবা শেনফম অমদি শাবগনি।

(১৭ এপ্রিল, ২০১২)

## ঐগী শৈরেংগী লাইরিক

নোংমা বসকী খোঙচৎ অমদা
নূপা অমনা ঐগী শৈরেং লাইরিক্তু
থরায় য়াওনা পাদুনা লৈবক্না উকপদা
পূক্লিং অসি নুংশিবকই।
ঐনা নহানমখৈ থাজবদি
ঐগী লাইরিকপু কনানসু নুংশিবিবোঁই,
মখূৎ অদুনা শূকশোক শোকপিদনা
নুমিৎ কয়ানিবোম তাদুনা লৈগনি মাগী তেবলদা
নত্ত্রগা লৈগনি মাগী জেলগুন্নবা উপুদা
পীক্লবা মফম অমা কল্লদুনা।
মহাক্কী চাউববা মমীৎশিং অদুনা
সিফায়শিংগী সার্স লাইটনা কাপ্লকপগুম্না
অসুম মথং মথং য়েংলকপদা
চৎখিগনি মাবু কাম্ছোক্লগা
অথাপ্পা লমদম অমদা চৎলুবদগী হল্লকপদা
কোবৌ নুমিৎ মানা মমশিল্লকুনা খেঙজিল্লক্লবদা
অতোপ্পা বস লাক্কনি হায়বগী আশা উদ্রবা
লাক্লিবা বসতুদা তোংদ্রবদি য়ূম য়ৌবা য়াববোঁইদবা
মী পুবা বস অদুনা মী চন্দ্রে হায়দুনা থম্বিবম্বগুম।
ঐগী মীৎ অসিনা থাজবা ঙমদবি।
নত্তে মাগীসিবু অতোপ্পা লাইরিক অমা প্যাবিববা
ঐগী লাইরিক অসিগী মনুংদা ?

(১৮ এপ্রিল, ২০১২)

## বোল অকাম্বী

বোল অকাম্বী মসিগী মনুং অসিদা লৈবসি
ইফুন হেক ফুল্লি ওন্থোক্লা হৈনখিদ্রে;
খোঞ্জেল অসিসু ইশি হেক শিবদনা।
মনুং অসিদা পৈশিন্দুনা লৈবিবা
ইশাদগী থোবকপা পেন্দবা ময়ামসে
অসুম য়ামখৎলক অসুম যামখৎলক..
অমুক্তং হৌনা লাউনীংই ঐহাক
অদুবু পোকখায়খিদ্রা হায়নসু কিজে।

(২২ এপ্রিল, ২০১২)

# মৈথানয়ৃশ্বী : পিশাগী লিনিং টাব্রার

মৈথানয়ৃশ্বী অসিনা
তুগে তুগে তৌনা
ৱানা খাঙলক্লিবসি কুইবে
শিবদি হেক শিদবা
কন্না নাববা অনাবা অমগুম।
য়ুংখত্তুনা লেপকে হায়বসু ঙমদবা
তুথবগে হায়বসু য়াদবা।
মহাক্কী মতৌ অসি উবদা
ওম্ব্রোক্লা নুংঙাইখিদ্রে ঐহাক্তি।
অচৎ অওকশিংনসু হায়বক্সী
মপ্যা অদু ফাওদুনা চৎপদা—
ওম্ব্রোক্লা ৱাববিনিদা মহাক অসে'
অমুক্তং হীপথবগা মহাক
পোথাগে হায়না খল্লকপা কুইববনি।
কবম্নদি তুগনি
মায়কৈ পূম্নমক্তগী পুল্লিবা তাবাশিংনা
অমদমুক চিং অমদমুক চিং
মশা অদু পূমশেং হেক শেগায়দৌবমখৈ।
য়াম্লবা চহী কয়া অসি
তুবোই ঙাম্লোই লেপ্তুনা লৈবক্লি
মহাক্কী পূক্লিংগী অপাম্বা ফোঙদোকহন্দনা।
খল্লি কবি তৌবগা
অৱাবা অসিদগী কোর্ক্নি '?
অসুম খন্না খন্না
ঙাইজবকই নোংলৈ নুংশিৎপু।

(২৭ এপ্রিল, ২০১২)

## লাল্লক্তা পোকপা শৈরেং

কবি মাগী নূপীগা কন্না খৎনবি।
লাউ খোংই অকাম্পেৎ ঙাঙই।
মাগী নূপী মখোয়দৌ চাক্লা
শং শংদুনা ঙাঙলি।
তাঞ্জা অসিদা
ফজববা শৈবেং অমা
মাগী রাখলদা
শৎ লাউনা লাকই।
মসিসু তাঞ্জা মেঞ্জা খঙদবা
অতিথি হায়বদুনি।
ঙাঙনা ঙাঙনা শাউনা শাউনা কবি
চে কলম লৌদুনা ইশিল্লি
ইকায় ইকায়না!

(৩০ এপ্রিল, ২০১২)

## লম্মু মিহৌবা কনানো ?

পৃথিবী অসিগী মকু অসিদা
লৈই চিংদুনা শান্নবসিবু নুংঙাইবজাৎলা ?
ঐগীনি ঐগীনি হায়দুনা
লম্মু খোপচিন্নবা হোৎনবিবশিংসে
মীগী মবলবু মিহৌবা কাঙবু ঙাক্তনি।
কবম্মা জগানা কনাগীনো ?
ঈশিংদা লৈই চিংদুনা
লাই য়েকপা য়াগদবা ?
পৃথিবী অসিগী মপান্দগী য়েংলক্লবদি
অৱাং হায়বা লৈতে খা হায়বা লৈতে
নোংপোক নোংচুপ হায়বা লৈতে
মসিমদি খঙবা ফৈ।

মসিগী নুপা অসে অহল ওইশিল্লক্রে।
নোং ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা
লম্মীগী নাকন্দা লৈবিবা
অহাঙবা লম অদু মহাক্লা য়েংশিল্লি।
নাপী শেংদোকই ফত্তবা লৌথোকই
মশাগী লম্নি হায়না খঞ্জদুনা।
কনাসু থোবক্তুনা মঙোন্দা মদু
মাগী লম নত্তে হায়বদবনা
মাগী অদুম ওইখবে।
মহাক্কী শম্বল অদু
অহিং অহিং চখোকই মখোঙ পান্দুনা
মহাক্লা কন্দুনা থমখ্রবা শড়ক্কী নাকন্দা
কনাসু চঙহন্দে।
নোংমদি খঙহৌদনা মহাক পৎ তৎলি।

(৩ মে, ২০১২)

# মফম অসিদদি

কুইবক্কে মফম অসিদা ফন্নক্লিবসে ঐহাক্লা।
লাকপদি উই মখোয় চৎখিবদি উই মখোয়
মফম অমদগী লাক্কুনা মফম অমদা চৎখিবা উই
কনানসু কবিসু হায়দে কনানসু কবিসু হায়দে
য়েংবদমক য়েংই য়েংবদমক য়েংই মখোয়
মখোয়না পাম্বদি অতোপ্পা অমা ওইবম্বা য়াই
পোৎশক অদো মফম অসিদা লৈবমদবা যাই।
ঙাইহাক ফম্নম্মী ঙাইহাক ঙাইহাক লৈবম্মী
লৈতাদবা লাঙতক্লুবগী মমি তাই মাযথোঙদা
মখোয় চৎখি মখোয় মখোয়গী মথৌ লৈবমগনি
লম্বীদা লেপ্পুনা ঙাইহাক ঋবী শাবা নত্তনা
মখোযগী মতম লৈতে মখোযগী মতম লৈতে
মখোয চৎখিগনি য়েংদুনা লৈহৌগনি ঐহাক্লা।
ঐনা য়েংই মখোয়গী মায়থোঙ তম্না লাঙতক্লুনা
ঐগী মীৎযেং অসিগা মখোযগী মীৎয়েংগা
মীৎচান্নবা অদুতবু খৌবাংনা ঙাইবি ঐহাক্লা।

(১১ মে. ২০১২)

## ওয়-তৈনখিবা

ঐগী ইমীং গৌবমণি কৌই।
ঐগী নুপীগী মমীংনা সখীতোম্বী।
ঐখোয় অনীতা
পাঙ্গবনি খুঙ্গং অসিদা।
শূফম নোমফম লৈতে
হংনীংঙাই লৈতে কনাদসু।
লাইববনদি হেঞ্জিল্লকই
নোংমগী অসুম অসুম।

নোংমা নুমিৎ অমদা লৈত লাইব থিবা
লংফৈদা চংকে হায়দুনা খোবকই ঐহাক।
ঐগী নুপীনা চয়োম য়োম্বিবদুনা
খোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোকই।
পূকমেন পাউমেল্লি *ঐনা মঙোন্দা ঃ*
'ঐনা চংখোকপ্লিঙৈ মতমদা
শকখঙদবা কনাগুম্বগা
মীংয়েং কাবন চন্নগনু।
পূকচেল অনী লোঙদনা
মতম খবা অন্নাবা খাঙলম্মু।
কনাগুম্বা লংফৈ লাকপা নুপা অমত্তনা
য়ূমদা নুমিদাং লেক্কে হায়ববদি লেকহনগনু।'

শাংলবা লম্বী অসুম চংলি।
লমহাঙ কয়া ফাওদুনা চংলি
চীংজাও কয়া লাল্লি
জঙ্গল কয়া ফাওই তুবেল কয়া লাল্লি।
চংনা চংনা লেংবান্দা য়ানবা ময়োমদু
অতোপ্পা নাকন্দা অমুক হোংই।
মমৈথংদা খুন অমদা থুংই;

হেক থুংবগা নুমিৎ তাশিল্লক্লে।
য়ুম অমদা চঙশিন্দুনা হংই ঃ
'কনা কনা লৈবগে বা অমত্তা হায়জগে।'
ঐনা কৌবা তাবদা নূপী অমা থোবকই।
নুমিদাংগী মন্নি মন্নিবদা মহাক
কয়াদা য়েংবদা ফজবিবা!
ঐনা হায়জৈ মঙোন্দা য়েংনা য়েংনা ঃ
'লম্লানবী ঈচল ইবেম্মা য়ুম অসিদা
অহিং অসিমত্তা লেকচখিগে '?
ঐহাক থংনবা খুন অসিদগী
লংফৈ চৎকে হায়দুনা লাকপনি।'
মহাক্না বাশী লৈনা নোক্লগা হায় ঃ
'কবিগী যাদদগে লংফৈ চৎপা ইবুংও
নহাক্কুম্না কনাবু সেবা তৌজগে হায়দুনা
ঙায়জবন্নিবনি নচল ঐহাক্না।'
ঐনা খল্লি--ওম্বোক্না মরাহৈ নুংশিখবেদা!
হংই ঐনা ঃ 'ইবেম্মা নঙবু কবি নমীং কৌবগে '?
ঐগী নূপীসু মানবগুম তৌই ঐনা উপ্রবগুমসু তৌই
মপু পান্দ্রিবী লৈশাবীবা য়ুম পাল্লবীবা
য়ুম্বাল্লবী ওইবগনা নপুবোইবা লৈতববা '?'
মহাক্না খুম্লকই ঃ
'ঐগী ইমীং সখীতোম্বী কৌই।
ইপুবোইবসু লৈ কবিগী লৈতনি।
লংফৈ চৎখি পৈশা তানবা
ঐহাক্না চযোম য়োম্বিদুনা নম্বো অমগা
ঙসিতনি মহাক্না চৎখিবা।'
ঐনা খল্লি--ঐগী নূপীগী মিংসু সখীতোম্বী কৌই।
ঐসু ঙসিতনি লংফৈ লাক্লিবা।
অদুদগী মহাক্না ঐবু
চাক ইনশাং থোংদুনা হাউনা পীজবগা
কা অমদা পুশিল্লে।

ঐসে লন্নানবনি হায়বগী
কোইবা লৈতে হঙ্গোইবা লৈতে মঙোন্দা।
ঐনা হংই ঃ
'নঙগী নপুবোইবগী মমীং কবি কৌবগে ?'
মহাক্না নোকফেৎ তৌনা খুম্মী ঃ
'মাগী মমীং গৌবমণি কৌই।
মাগী শকসু তাদগী শক্না চপ মান্নে।'
অসি হায়দুনা মাগী নূপাগী ফোতোদু পুথোবক্তুনা
য়েংহল্লি ঐঙোন্দা।
ঐগী মিংসু গৌবমণি কৌবা
ঐগী শকসু মাগী নূপাগী শক্না মান্নবা অঙকপনি
কবন্না লাইনা হৈনা শীল্লকখ্রবনো '

অহিং অদো তৃমথখি ৱাখল খন্না খন্না।
মঙলা তাইবঙলা নূপী অদুনা
হীপথবকখি ঐগী নাকন্দা
কবিসু চিংনবা লৈতনা।
ঐনা কয়াদা ৱাজখিবা
মাগী নূপানা লংফেন্দগী
হঞ্জিল্লকপা তাঞ্জা থোক্লদুনা
থেংনখিবা তাবে হায়দুনা।

নোংঙাল্লগা ঈক মাইথজবগা
নপ্পো অদু পোশিল্লগা অমুক থোবকই।
নূপী অদুদা হায় ঐহাক্না ঃ
'ইবেম্মা, নবুং অমুক চৎলগে।'
মহাক্না নোকফেৎ তৌনা
ইকায় নুংশি য়ানবা মতৌ উৎলগা হায়বকই ঃ
'চৎপিব্রনো ইবুংঙো
ঐগী নাক্তা সুম লৈবিবো।'
ঐনা হায় ঃ

'মদু কবম্মা য়াগনি '?

লংফৈ চৎলগা পৈশা তানগনি হায়দুনা
লাক্লিবনি ঐহাক অসে।
মদুগী মথক্তা
নওগী নুপা লৈবি ঐগীসু নুপী লৈবি।'
মহাক্না হায়বকই ইবায় হেক লায়না ঃ
'মখোয়সু মখোয়না থোকপা
ইবান্নীসু ইবান্নীগী থোকপা
চৎপিত্রনু চৎপিত্রনু
পৈশা তান্নগবু কবি তৌগবনো '?
ঐগী নাক্তা সুম লেঙদনা লৈবিবো পাম্মুবা
নখৃত্তা হান্নগা পীজগে।'
অসি হায়দুনা
তনৌববী মখুৎ অদুনা ইখুৎ অসি ফাবদুনা
ইকায় নুংশি য়াননা লৈখবে
মায়থোঙ অদু খিত্তং লৈথোক্লা খিত্তং লৃকথনা।

(১২ মে, ২০১২)

# শকহেনবী তারা-১

হবেশ্মা তাবা,
ওম্ভোক্রা ফজখ্রেদকো নঙসে !
মীৎম্না য়েংলে মফজৈ নাতোন য়েংলে মফজৈ
মাঙদা য়েংলে মফজৈ তুংদা য়েংলে মফজৈ
কুচু য়েংলে ভৌশোক ভৌই;
খৃৎচৎ লাকচৎ ৱাঙাও শঙাও
ফজদবা অমত্তা য়াওদে লোইনা ফজৈ।
মুশুক মুবা শাংলবা শন্নাংনা
নীংদূ য়ৈনা খ্বায় খ্বায় তাই।
হকচাংগী মফম মফম খৃদিংদা
ফজবনা তৃংনফম ওইবী
মীনা কল্লক্নফম ওইবী লাইবক ফবী তাবা।
শকয়েং মিংশেলগী মমাঙদা
মতম কয়া চঙনা লেপ্লগা
নশাগী ফজবদা ঙাওদুনা লৈয়ু।

লৈ নাচোম চিল্লে ফজৈ শমজিবৈ চিল্লে ফজৈ
নোক্লে ফজৈ শুগৎলে ফজৈ।
ফজৌ ফজৌ নঙনা ফজনীংবগী মতীক ফজৌ
কনানবু কবি তৌবা ঙমজগদগে ?
কল্লক্কে হায়ববসু কল্লকচসনু মীনা
লোন্না য়েংলবসু য়েংজসনু
ফোংনা য়েংলবসু য়েংজসনু কৈদৌএগে
ময়েং তাবদি লৈবোই নঙগী ফজবদি।
ফজৌ ফজৌ তাবা
অয়েংবা মীবু চাকহল্লু।
লেন্ন লেন্নদুনা চংলু মীয়াম মবক্তা
থেক্রা থেক্রা হাইনা হল্লা চংলু
মালঙবনা হন্নদা উনানা লেঙবগুন্না।

নওগী ফজবা উবদা মখোয
মথরায় মাঙলসনু।

(১৬ মে, ২০১২)

## অমুক্তংগা চৎপিরুখো ইমা

নপুবোইবা নৌনা কায়নখ্রদুনা
লুখ্রা ওইহৌববী ইমা
নচাগী হোৎনবদা
নপুম থীৎনা ৱাবক্লবী
পাত্তা চত্তুনা লোংখোল্লকপী
চীংদা কাদুনা শীং চল্লকপী
মীগী ফৌশু লওদুনা
নোংমদা চবা তাম্নবা হোৎনবদা ৱাজবক্লবী
নুংশিববী ইমা
নচা শাবেপ ফাবক্তে নওগী লমন শিংলগে।
নঙবু নুংঙাইনা থল্লগে
নূপী থিদুনা ইমাগী সেবা তৌহল্লগে
নমৌ হায়বিকবো ইমা।

**

কবি হায়বক্তে ইমা ?
লৈবাক মীয়াম মমাওদা
তথি তথি নঙবু চৈদুনা
ইকায়বা পীবক্তে নৎত্রা ?
মাইবম ধনঞ্জয় শেঙ্গাও পায়বা
মামক ঙাইবে হায়দুনা গপ শপ তৌবা
মচানূপী শকহেনবী নাইতোম পোকপী চন্দ্রজিনিবু
ঐগুম্বা লাইব চুদৎনবা ঐঙোন্দা
পীয়ু হায়বা য়াবক্লোই হায়বা ঐ খঙই।
অদুবু ইমানা ৱাববসু ৱানা
অমুক্তংগদি চৎপিকচো।
য়াদ য়াদ্রেদনা
খোকউদা হায়বদা খোকপা

ঐগী মঙ্গে থেঙ্গু য়াইওইবা অসিনা
ঐনা তৌবা ইতীক উৎকে।
চত্ত চৎপিয়ু ইমা
অকনবা রাহৈনা অমুক ইকায়বা পীবক্লবা
নঙবু ঙকশম পায়দুনা ঈল্লক্লবা
ঐঙোন্দা তম্মু ইমা
অমুক্তংগা হন্নদি চৎপিকখো ইমা।
মখোয়না পাম্বদা হায়য়ু হায়য়ু
লাইববা ঐখোয়গী খাংপোক্তগী
মখোয়গী কোনুংগুম্বা ময়ূমফাওবা
সনাতগী কোইলাসনা থা থা লাউনা থাউ হায়ববা
মণি মুক্তানা লৈ চাইবদৌনা চাইয়ু হায়ববা
ফজববা সনাগী শজিনা মদুদা
কোয়চেন চেলহল্লু হাযববা
লীশীং চৎপী প্রেক প্রেক লাউবা মযাম
মহাক্লা লাক্কদবা লম্বীদা চাইখাইহল্লু হায়ববা
মানা পাম্বা কবিনো হায়যু হায়যু ইমা
অমুক্তংগা হন্নদি চৎপিকচো ইমা।

(১৮ মে, ২০১২)

## কাঙ অমসুং মোবাইল

কাঙ অমনা
ঙংদুনা পাইশিল্লকপদা নাকোঙদা
উইবোল উইবোল তৌবম্বা ঐগী
মীং অসি খংপাঙ পাঙথোকই—
মোবাইলগী ইনকমিং কোল অমা।

(২০ মে, ২০১২)

# নূপামচা অদো !

মখোয়নদি কয়াদা লায়না হায়বিবা
মীনা ওৎ নৈদুনা হাৎখিবগী
প্রমান অমত্তা ফংদে হায়না।
মমল য়াম্লবা নুমিৎ কয়ানি
মখোয়না মাঙহনখ্রবনো !
হকচাংনা পত্থ পুমথবক্লবদা
প্রমাণ পুম্লমক পত্থ পুমথবক্কনি
হকচাংগা লোয়ননা।
মদু ওইববসু মহাক্কী থম্মোয়
মহাক্কী থম্মোয় অদুদি কমদৌখ্রবগে ?
পত্থ পুমথবা নাইদ্রবা থম্মোয় অদুদি কমদৌখ্রবগে ?
মতম পুম্লমক্তা ইশংতা শংদুনা লৈবা
থরায় অদুনা কমদৌখ্রবা ?
মখোয়না ফনা হায়দুনসু
হকচাং অদো ওইবক্কনি নোংমদি
অশংবা লবূক লমহাঙ।
মতম অদুদা খণ্ডলক্কনি অচুম্বা অদো।

(২০ মে, ২০১২)

## য়ুমগী নূপী অমসুং শেল-থুম

মতম অসুক কুইবসি
ঐখোয় নূপীগী মমায়দা
মুন্না অমুক্তা য়েংলুদ্রি
পাম্মুদুনা;
তোয়না য়েংলবদি মছুখিবা য়াই।
(সসস'... ব্রাফম অসি
মীঙোন্দা হায়দোকপিগনু ইকায়জৈ।)
হৌজিক্তি মহাক্কী মশক অদো
কবম তৌবি হায়বা
কাউবু কাউশিল্লক্রে।
ঐখোয় নূপীদা
চেপথ চেপথ য়েংবা মাবু য়াম্না কল্লকচবা
নূপা অমা লৈ হায়না
ঐগী নূপীনা তম্মী।
মঙোন্দা অমুক্তং হংসিবা খল্লি।

(১৯ মে, ২০১২)

## শকহেনবী তারা-২

শকহেনবী তাবাগী হকচাংদি
ঙৌশোক ঙৌনা শীৎ নাল্লি
নাল্লবা মিংশেলগী মমায়গুম;
শীক্লবা দাকফম অমত্তং ফাওবা
থিবা ফংলোই মহাক্কী হকচাংদা।
তীন্না কাঙনা হয়িংনা
মাগী হকচাংদা তোংবা ইকায়জগনি।
লাকগুম ফাঙমদ্রবা হকচাংগী ঈথক ইপোম কয়াবু
নমথদুনা থম্মী শেৎলিবা ফীজোলনা।
চৎলে চৎপদা তপ্না তপ্না চৎলি
লম্বীগী মথক্তা
থোৎলবা মখোঙ তপ্না তপ্না থাংলদুনা।
মহাক্কী অকম্বনা
পৃথিবীদা অৱাবা শীগনি খনবদগীবা
নৎত্ৰগা ফজবা মাঙখিনি খনবদগীবা ?
পৃথিবী মহাক্কদি হায়গনি
মাগী থোৎলবা খোঙনা নেৎপবু নেৎচসনু।

ৱা ঙাঙবদা তপ্না তপ্না ঙাঙই
নুংশিবা ৱাহৈতা শীজিন্নে
অথোৎপা ৱাহৈতা ঙাঙই;
মীগী পৃক্লিং নাবা ৱাহৈ হায়দে
নুংশিহল্লি নুংশিহল্লি।
নোকপদা বাশী লৈনা নোকই
ঈথক মচা মচানা
পৃথ্বীগী ঈশিংগী ঈমায়দা শান্নবগুম্না।
খজিত্তংদা নোকই
ইহি হায়বদগী হেন্দে।
অউবা অতাবা মীবু মথূম মবাং হৌহল্লি।

মতম পুম্বদা
মোমোন মোমোন নোক্তুনা লৈ।
সিট হাঙজবি য়ানি য়ানি নোংমা লেঙবিবকউ
লাইবক য়েংবিবা য়াগনি হায়না
বার্তোন তৌবি।
মাগী মায়খোঙদা চুম্না য়েংবা য়াই
খজিক্তং কল্লকপা য়াই
ইকায়বা পীবা চোপ্পা নংবদি
খাঙবা ঙম্লোই নুজানা।
ঐনা খঙনীংখি--
মহাক নুংশিনজবা নুপা লৈবববা ?
লৈবগনা লাইবক ফবা কনা ওইবিগবা ?
লৈত্রগনা মাগীসিবু মমা মপানা
স্বয়ম্বর তৌগে হায়গদৌবিবজাংলা ?
স্বয়ম্বর তৌববদি
খোইমু ময়াম পাইবক্লগনি
পৈশা পায়বা ওইদবা ঙাঙবা লৌনম হৈবা
মোইথেম হৈবা হূৎ ফেৎ হৈবা মন্ত্র যাদু হৈবা
য়ুমগী নুপী লৈনা লৈনা পাখং শাবা
মখোয় ময়াম লাক্লগনি
কবম্বনা অফবনো কবম্বনা নকলিনো কবম্না খঙগনি ?
ঐনা হায়নীংই—
ইবেম্মা তাবা বাখল মুন্না তৌ
হৈনা শিংনা খল্লু হৈনা শিংনা খল্লু
অরাফমদা তাজনীংদ্রবদি।
খোঙফম অমা শোয়বদা
পুক্নী চূপ্পা বাগনি।
'ওহ পান্মুইদা তাবা ইবেম্মা' হায়বদু হায়হনগনু।

মাগীদি য়েক্লবা লৈতে
মীনা মঙোন্দা য়েক্লবা ঙমদে;

মীনা মাবু নুংশিবখক্তংনি।
হাইফেৎ হাইফেৎ য়েংনবখক্তনি মীনা
চেপথ চেপথ য়েংনবখক্তনি।
মাবু পামজদুনা য়েংলিবনি হায়বা মহাক্না খঙজবগা
নোকফেৎ তৌজে পূক্নিংদা লোন্না,
মহাকখক্তনা খঙনা নুংঙাইজে।
অয়েংবা মীশিংসু মাবু য়েংজবনা
কয়াদা নুংঙাইবা ফংজবিবা ?
লম্বীদা থৈনবদা য়েংগনি পূম্নমক লোন্না লোন্না
ফল্লপ ফল্লপ মীৎচান্নবদি ইকায়না।
মপা হেন্দোক্নবা মতুংদা য়েংহৌগনি পেন্না
মীৎয়েংদগী তামখিদ্রিবফাওবা।
লম্বীদা চংপদা
য়েংদবা য়াওদে মঙোন্দা।
ঙাইহাক্কী ওইববসু
মমল তিংদনা ফংবা নুংঙাইবা
কদায়দা ফংগদগে হৌজিক্কী মতমদা ?
অউবা মহাক্কীদি মপুক্নীদা
অহানবা উবা ওইবা য়াই।
তাবা মহাক্কীদি
থেংনম্রবনি অসিগুম্বা মীৎয়েং কয়া কয়া।
অদুবু বা অসিমক্তংদি মঙোন্দা হায়নীংই—
'চেকশিল্লু তাবা চেকশিল্লু
কল্লক চাউবা তাইবংনি
নঙগী শক্কী ফজবনা লাং ওইদুনা
অব্রাফমদা তাহনগনু নশাবু।'

(২৮ মে, ২০১২)

## মাগী মরমদা হংগনু

কুইবেদা উনদবা মাগা।
ইনাক অসিদা লৈববসু
কবি চারি কবি থক্লি হংলুদে নোংমত্তা।
মাগা ঐগা ৱাহৈ কম্না হায়নদে
মহাক নুংঙাইবিববা ৱাবিববা খঙদে
মহাক্কী পূক্লিংগী ৱা ঐঙোন্দা ফোঙদোক্তে।
মহাক্না পাম্বা তৌবদা
কবিসু হায়কদে ঐহাক্না।

মহাকুম্বা অমগা ৱা ঙাঙনবা
ঐগী ইজ্জৎ তাবা থবক্লি খল্লি।
(মঙোন্দদি মসি হায়দোক্তে।)
ঐনা তিন্নবদি ওফিসাব অচৌবা
শেঙ্গাও পায়বা শক্তি পায়বা
ঐবু কনবা ঙমগদবা
ঐনা হায়কব্বদা য়াবক্কদবা
মখোয় অদুতনি।

*নোংমা ঐনা হোতেল অমদা চা থক্লিঙৈদা*
মহাক নাকন্দা ফম্লম্ববা
ঐগী নাকন্দা কোন্না মহাক্না ফমথবকপবা
খঙহৌদনা হায়বকই
কুইনা উনকদ্রবা
অথাক্লা মফম অমদা লৈবা মকপ অমগুম:
'কবম কবম পাল্লিবা ?'
হংবা লোইবগা পাউখুম ঙাইবমদনা
ফুক হৌগৎলগা চংখি।
উবকই ঐহাক্না
মতম কুইনা কক্লবা মাগী শম

কোক্রুবা মাগী মকোই
মোংলবা শেগায়ববা মফি মবোল।
মানা খল্লিবা ব্রাখল অসিবু কবিনো খঙদে।
নুমিৎ কয়ানি যুমদা হজিল্লক্তে।
মহাক হিংবগী অপাম্বা লৈবিববা ?
কবি কবম্বা আশাদা মহাক্না
হিংদুনা লৈবা ঙল্লিবা ?
হিংববু খৌবাংবগা লোইননা হিংলিববা মহাক
মিংচৎ অমদি শেন পামদববা ?
শক্তি লৈবা তৌগেতা ঙম্বা
মীনা কিনবা মী ওইনীংদববা ?
নোংমত্তা মহাক্না ফম্মিন্নদুনা
ব্রাহং অসি হংদুনা
অশেংবা ব্রা অদু খঙগে খল্লকপনি,
মাবু হেক উবদা
মদু পূম্নমক লোইনা কাউখি।
কবম্বা শক্তি চেনবনো মহাক অসে
কবম্না অপুনবা অমনা পুদুনা চৎপনো ?
মাগী মবমদা হংলক্কনু ঐঙোন্দা
খুম্বা ঙল্লোই ঐদি হংলক্কনু ব্রাহংদো।

নোংমা মহাক্কী কাদা চঙলুবদা উবকই
ইচাই চাইববা লোইশিন থর্মজির্বিদ্রবা
মিবাংতনা কূপ্লবা
মাগীনি হাযবদা যেংশিনবিনবা কনাসূ লৈত্রবা
কবম হায়না হিংলিবনো
মহাক অসে ?

(৩০ মে, ২০১১)

## সমুদ্র অমসুং লোক্তাক

সমুদ্রবু কয়াদা পামজবা ঐহাক্না।
অহাঙবা সমুদ্রগী মপান্দা
খোঙনা কোয়চৎ চত্তুনা শান্নবা
কয়াদা নুংঙাইগবা!
মবক মবক্তা কাবকপা ঙাবগী ঈথক্না
ঈশিং ৱা লাউনা চাইশিল্লকপা
ঐবু লক্লবগুম্না;
মদুতবু খোয়দাকই।
ঐখোয়গী স্বাইদদি সমুদ্র লৈতে
চীংলোনশিংনা ইকোয় কোযশিল্লি,
য়ৌবকপা ঙন্নোই সিদা
মাগী ঈথকশিং।

অদুবু ঐখোয়গী লোক্তাক লৈবিনা
কবিগী কাউবগে ?
লোক্তাক্কী মপান্দা চত্তুনা
মাগী ফজবা য়েংবা য়াইনা।
ঈশিংগী ঈবোন্নুংদা লূপশিল্লিবা
ফজববা ঙাগী শহ্‌ব,
লীক্লাই শানা লূববা মাগী ঈশিংদা মমি তাবিবা
মিংশেলগী য়ূমশিং,
ঈপাকথক্তা কোইতাউ তাউদুনা শান্নবিবা
ফূমদিগী লৈচিলশিং,
পাউখোঙ চল্লিবা হৈকক য়েল্লীশিং
কনানা কদায়দা উত্রবগে ?
মহাক্কী ঙাবগী ঈথকশিংদি
মপান্দা খোক্লক্তে
ৱাখলগী মনুংদা লূপশিন্দুনা লৈ—
মমীৎ উইশিন্দুনা

ধ্যান তৌবিবা মুণি অমগুম।
মাগী পূক্লিংদা লূপশিল্লি
থাঙ্গ অমসুং কাবাংসু।

(২ জুন, ২০১২)

## মসিনা কমদৌরিজাংনো ?

মহাক হিংদুনা লৈবকপসি ফনা কুইবক্লে।
নোং ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা
কবিসু শূদে।
মথন্ত্রা কা অসিদা
চার থক্ক চার থক্ক
ঈশৈ শত্তুনা হাবৌগুম মতম লেল্লি
স্বগগী নুংঙাইবগা লোয়ননা।
নুমিদাং ওইবকপদা শৎ মাঙখি
কদোমদগী চংখিবনো খঙহৌদে।
স্বগগী জগোয় শাবী কয়া কয়াগা
অবোৎ অফোংগী লীলা শান্নকই
অদুগা হল্লকই ময়ূমদা নুমিদাং অথেঙবদা
হুই খোংল খোংলদুনা
লৈহাউ লৈবেনগী মনমগা লোইননা
হং নাহোকপগুম্না ইকোম কোন্নবা
থোক থোক হাইববা মবী তৎনববা
হকচাংগী শব্দকশিংগা লোয়ননা।
কনানা কদায়দগী
কবম্বা পূকফবা মমা মপানা মবী মতানা মরূপ মপাঙশিংনা
কবম্বা লোইবা নাইদবা পৈশাগী পূক্কৈদগী
পৈশাগী বন্দল বন্দল শত্তুনা পীবিবনো খঙদে।
বাবা লৈতে মঙোন্দ—
ঈশিং ঈচাওগী, ঈকং থোকপগী
ঈচাও ঈকং অনীগী দবল ক্রোপিংগী
লৈক্রক মনুংদা ফৌ পাশ্বীনা নাম্বুখিবগী
নাম্বুখিবদগী থিবা ফংদবগী
পোৎ চৈ তাঙবদা মী মাঙখিবগী
শূনা শূনা অসুম চবা হেঞ্জিল্লকপগী
মোংফম্না অসুম নকশিল্লকপগী

কর্ফিয়ুগী বন্দগী ট্রাইক্কী ম্রোকেদকী;
মখোয়গী মমিশিংনা অসুম শাংদোক্লকপগী...
ঙাইহাক ঙাইহাক্কী নুংঙাইবদা তাউদুনা
কয়াদা নুংঙাইনা হিংলিবা মহাক অসে।
ঐনা য়েংগে হায়দুনা য়েংবনি
অহোংবা লৈতে শিবা নাবা লৈতে
শিগনি নাগনি হায়বগী অৱাবা লৈতে
ফত্তবা থবক অমা তৌকবগী
নুংঙাইতবা লৈতে নীংঙমদবা লৈতে
মীনা কবি হায়নখিনি হায়বগী লাওতক্লবা লৈতে
অঙকপনি অঙকপনি।
লাইববা নূপা অমদি
নোংমগী শূবদা মপুম থীংখৈ শূবা
মদুদফাওবা চবা অনী ফানা চাবা ফংদবা

(৩ জুন, ২০১২)

## নিদ্রা দেবী

ইমা নিদ্রা,
ঐবু অমুত্তা তূমহল্লু কৈদৌবগে ?
নওগী নাউশুম ঈশৈ অদুবু
নুংশিবা অমত্তা লৈত্রববা ?
নওগী নখোল অদুনা কবিগীনো
অদুক য়াম্না য়াক্লিবা
খোংচ নৌজন্ত্রিবা ?
ঐবু নতম্বাক্তা নীংখিজনা পস্বিদুনা
অমুক্তা চেৎনা কোনশিনবিয়ু।
নওবু ইমানেনা কৈদৌনদৌবিবনো ?
নওগী নওঙ নত্তৌ অসিদা
নহাক অসে ঐগী অশেংবা ইমানি হায়বসে
চিংনদবা ঙল্লক্তবে।

(জুন ১১.২০১২)

# ঐগী খুঙ্গং

ঐগী খুঙ্গং য়াম্না হোংলম্লে।
লমহাঙশিংনা জঙ্গল ওইখবে
উমং বামং কয়া অমনা কোকথোকখিদুনা
লৈননবা য়ুম শাজিনখবে।
লম্বীশিং হান্নগী মফমদগী
খবা খৈদোক্তুনা চৎখিবম্লে।
অহন ওইহৌববা মীওই কয়া অমসু
অশি লৈবাক পাংখিবম্লে।
ঐনা মশক খণ্ডদ্রবা কয়া অমসু
খুঙ্গং অদুদা তিনশিল্লম্লে।
ইখঙ খঙনবা মায়থোঙ কয়াসু
নীংশিংবা অমসুং অকাউবগী
লংদাইদা লৈখবে।
ঐগী মঙদা হঞ্জিন হঞ্জিন উবা
কাউগে ঙমদ্রবা কাউগে য়াদ্রবা
ঐহাক্না অঙাং ওইবিঙৈদা উখিবা
মতম অমগী শক্তম অদুগা
হৌজিক্কী শক্তম অসিগা
ইচু চূশিন্নৌ হায়বা য়াদ্রি
মিংশেলদা উবা ইশাগী শক্তমগা
ইশাগী অশেংবা শক্তমগা
অনী অসি মান্নদবগুম্না।
হোংবা নাইবা তাইবংনি হোংগনি,
অদুবু থম্মোয় অসিনদি য়ানীংদবি
ঐবু নুংশিবা কনাবু
ইশানা য়াদনা নমদুনা পুখিবগুম্না খল্লি।

(জুন ১২, ২০১২)

## নূং অনীগী ব্রারী

নূং অমোম অমনা নূং লাবদা হায়বকই ঃ
'লাকও নূং লাবা ঐখোয় অনী
ইচা ময়াম পোক্নুনা সংসার শেমসি।
নূং ময়াম পোক্নুনা
তাইবঙ অসি নূংগী নূংমত্তা ঙাইহল্লসি।
মীগী থম্মোয়দা কিদনিদা মশিংখাদা
ঈশিংগী মবীদা খোংশিংদা
থীবোঙ থীরীলদা চাকখাউদা চীংদা পাত্তা তুবেলদা
নূংগী নূংমত্তা ঙাইহল্লসি।
ঙমজববদি মীশিং অসি
নূংগী মূর্ত্তি লোইনা ওলহল্লসি।
খোংলবা থম্মোয়গী মতম লোইবে
ঐখোয়গী মতম লাক্লে।
মীগী ব্রাকং তাকনু
মীনা হায়বা ইল্লুনু
খঙদা খঙলবসু খঙশিন্নকনু
উঁদা উঁববসু উঁশিন্নকনু।'
নূং লাবনা খুল্লকই ঃ
'নূং অমোম. য়েংঙু ঐদি লেঙবা ঙমদে
নুংশিনা য়েংননবা মীৎ পান্দে
চৃপ্পবা চীন পান্দে শোক্লনবা খৃৎ পান্দে
কবম্না ওইথোক্কনি ?'
নূং অমোম্না হায়বকই ঃ
'অদু ওইববসু থম্মোয়দি পাল্লিদনা ?'
নূং লাবনা খুন্নকই ঃ
'মদুসু খঙবা ঙম্বা নত্তে
ইশা অসি নূংগী নূং ঙাক্তা ঙায়খবে।'

(জুন ১৩, ২০১২, অহিং)

## মসিগী নূপা অসে !

মহাক অসিদি
শেংলবা ভদ্রলোগ অমনি।
মীনা হায়বিবমখে য়াই হায়বা য়াববসু
মাগী মনুং কনবা অমদি লৈবি—
মানবু য়াদ্রবা
লাই লাক্কুনা হায়ববসু য়াবোই।
মবূক মপাউ ফৈ
মখোল মরাহৈ নুংশি।
মীঙোন্দা অকায়বা অমত্তা ঙাওদে
মীঙোন্দা চৈ থাংবা হৈতে।
মখোয়গী ইমুংগী মী পূম্নমক
মানা মানা খোকপা তৌহল্লি,
ফৈ ফত্তে নোংমত্তা হাযদে।
মানা মানা পাম্বা পঙতৌদা তৌনবকপদগী
মখোয়গী ইমুং অসে
কাং খোং চাইবা
নোংম নোংমগী অসুম হেঙ্গৎলক্লি।
মীনা নুংশিনা জ্ঞান তাননবা হায়বসু
মহাক্না লৌবিদে।
মীনা থীনা থীনা চৈ থাংলবসু মহাক
শাউবা লৈতে
ইকায়বিদে,
হাইফেত্তং নোক্লগতা তোকই।
মসিগী নূপা অসিনা
তৌশাবিসিবু কবিনো ?

(জুন ২০, ২০১২)

## শাবা হেঙ্গৎলকপা ঃ তুংলমচৎকীদমক ব্রাবা

চহী কয়াগী নত্ত্রগা চা কয়াগী মতুংদদি
ঐহাক হিংদুনা লৈববোই।
শাবা হেঙ্গৎলকপসিনা নোংমদি শামন্দুনা
খাওবা ওম্বগী ব্রাংমদা লৈশ্রগনি।
অশাবা মায়োক্লজবোই হায়ববসু নহাক
নশাগী অপাম্বনি—
কন্না শাবক্ত্রিঙৈসিদা
পোকপা য়াবা পোকহৌবগা
হিংবা য়াবা পেন্না হিংহৌবা ফৈ।
মতম অদুদদি নওগী থম্মোয়দু
কল্লবা নুংশাগী মৈশা য়েবদা
ইকং থোক্কনি;
নুংশি মৈশা কা হেন্না লাংগনি।
নিংথমখানা কালেম্বা ওইবনি
কালেম্বানা মৈ ওইনা চাক্কনি
নত্ত্রগা মৈনা মসিবু চাকথেকখিনি।
থোংবা থাকপগীদমক
অশাবা খাং নত্ত্রগা থাউগী দবকাব লৈতবা য়াই
চাননবা চাক্তি চীনগী মনুংদা
চানা চানা অদুম থোংলবা য়াই।
ব্রাহৈশিংনা চীন্দগী হেক থোক্লকপদা
মৈ হৌগনি;
মৈখেং খেত্ত্রবসু বিডি চম্বা য়াগনি।
মীগা মীগা খৎনবা চৈনবা হেনগনি
লৈবাক মহী লাওগনি ব্রাথোক লাম্লোক থোক্কনি।
ওইহাক লৈতনা মৈপোক লাংহৌ থোক্কনি;
য়ূম নত্ত্রগা কৈথেল কয়া
মৈ তত্তনা হৌবত্তুনা
উৎ ওলহন্দুনা চাকথেক্কনি।

ফায়াব সার্বিসকী মী মখৈ
অয়ূক নুংথিল নুমিদাং চুপ্পা মথৌ চিনগনি।
অঙাংশিংনা আইসক্রিম চাবা ফংলোই
অদুনা নিংঙাই পঙতৌদা তৌগনি।
বেফ্রিজবেটৰশিং মথৌ কন্না তৌবা তাই
নত্তুগা পুবা থাংবা ঙমদ্রদুনা য়াদবা য়াই,
উনগী মতুম শাবসু
য়েত্তুম মনামুত্তগী হেন্না চাউবা শাবা ঙম্নবোই।
ফেনশিং খবা কন্না উংবা তাই
নোংলৈ নুংশিংকা পাবগা হন্না তাই।
পূম্নমক অসি ঐহাক্তি থেংনববোইদবা ওইববসু
ঐহাক্রুদি ইচা ইশূশিংবু
মসিগুম্বা সংসাব অসিদা
অঙাং অমবু মাবু হেক পোকপা মপানা
দশা ফত্তবা কোক্রুবা
মৈদা লংশিন্দুনা সেক্রিফাইস তৌবগুম
লংশিনবিবন্নবনি খল্লুবদা
থবায়সি অসি পুবা ঙমদবে।
মীৎকুপ খূদিং পুংজা খূদিং ঐখোয়
তপ্পা তপ্পা ইখোঙনা থোংনা
চোংশিল্লেদো মৈগী কুণ্ড অসিদা
পামদ পামদনা।

(২৯ জুন, ২০১২, অহিং)

## হন্দক্তি

নহানমখৈদি ঐতনা ইবনি
হন্দক্তি শৈবেংনা ঐবু ইরে।
মাগী কলম অদুনা ঐগী হকচাংদা
চিংদুনা চৈনা পীরগা ইবদু
ফাওবে ঐহাক্না
ইনা ইনা মাগী কলমদা ঐগী ঈ হাঞ্জিন্দুনা
মদুনা অমুক থোবক্তুনা ইবকপদা।
চৈক্ষম চৈনোনা হকচাংদা
ময়েক নাইনা থোবক্কে
ঙাংশঙ ঙাঙনা।
মহাক্না হায় ঃ
'কমদৌহি নুংঙাইব্রা ?
নহানমখৈ নহাক্না তৌবিবদু যদুনি।'
মসিবু নুংঙাই হায়সিবা নুংঙাইতে হায়সিবা
অশেংবদু হায়দোক্তবনা ফবদবা ?
হৌজিক্তি ঐনা মহাক্কী শৈবেংনি
মহাক্না অইবনি।
ফজত্রবা শৈবেংনি
মহাক নুংঙাইজবল্লনি।

শৈবেংগী মমীংগী মখাদা
মহাক্না সহী তৌশিল্লি।

(২৯ জুন, ২০১২, অহিং)

# ফার্মাসী

হীদাক য়োনবা নূপা অদু
ঐবু উবদা নোকফেৎ তৌই,
মহাক্কা ঐবু মশক হেক্তা খঙই।
মহাক্কী কান্নবা তৌবা মহাকপু লুনা খনবা মীবু
মশক মুন্না খঙবা হৌনশানি।
ঐনা মঙোন্দা ইশাবু
নোংমত্তা শক তাকখিদ্রি।
ফার্মাসী অসিদা
হৌখিবা চহী কয়া অসি চঙদুনতা লাকই
কাউজন থীবগী লায়নানা নাববা মী অমনা
কবিগুম্বা অমা কাউবমদুনা
হঞ্জিন হঞ্জিন চঙবগুম,
মখোয়গী শেন্দোংগী ভাব ময়াম পুদুনা লাকই।
মখোয়গী মচা মশূগী স্কুল ফী ভান ভাবা
ইমুং মনুংগী অনা অয়েক্কী খবচ
ধর্ম্ম কর্ম্মগী পোৎয়েং
পুদুনা লাকই ঐনা।
খতু হোংলকপগী মতুং ইন্না
লাইনা কয়া কয়ানা
কোয়না কোয়না লাকই,
অমা নাবদগী অনী অনীদগী অহুম মথং মথং...
ইমুংগী মী পূম্নমক শোক্রমদ্রিবমখৈ
মহাক হনখিদে।
এলর্জি লাকই লোক থুংলকই
খোঙহাম্বগা ভাইবেল ফিভবগা লোইনবকই
অলসবদা পাইলস হাপচিল্লকই
সাইনসতা লোক খূজিল্লকই।
লায়েং খূদিংমক মাগী দুকান অসিদা য়াওবে য়াওদবা লৈত্রে
মাগী খূত্তা লোইনা লৈবে ফবা ফত্তবা হিংবা শিবা।

ঐবু উবদা হেক্তা হংলকই
মহাক্কী মোমোন মিনোক্লা ঃ
'কবম কবম পাল্লি নুংঙাইহিবববা ?
অনা-অয়েক য়াওদেদনা ?'
সংসাব অসিদা মহাক্তা ঙায়বে
ঐগীদমক খনবিবিবা।
হাইফেৎ য়েংবদা হেক্তা খঙই;
শক্তি অমা য়াওবি মঙোন্দা।
ঐগী মায়খোঙদা য়েংলগা মহাক্তি
বেক্টবিয়া ফাওবা উবা ঙম্মী।

(৩০ জুন, ২০১২, অহিং)

## নীংথিরবী শৈরেং নুজা অমা

নোংমা অহিং অমা
নহা ওইরিবী নীংথিরবী শৈরেং নুজা অমনা
হায় ঐঙোন্দা ঃ
'ঐবু ইবিবোনে, পাম্মুবা।'
ফি মতৎ শেৎলি
হৌজিক্কী মতমগী য়ক লাউবী নুজা অমগুম
লৌনম তৌদুনা ঐবু ফাগে থৌবাংলকই।
অয়ূক নুংথিলদা থবক্তনা চোকথবদুনা
তূম্মীংবনা ঙাওববা ঐনা হায় ঃ
'কবিগী তহা তহাবিবনো ?
ঐঙোন্দা য়েৎলনু ঙাইহাক্তা তূমখিগে
কোন্না ইবগে হৌজিক্তি চৎলো।'
মহাক্না হায়বকই ঃ
'হৌজিক ইবিবো।
হৌজিক ইহৌদ্রবদি কাউত্রগনি নহাক।
তূন্নম্বদগী
অতোপ্পা সংসাব অমদা হৌগৎখিবা য়াই।
মদুগী সংসাব অদুদদি
নহাক কবি ওইদবসু য়াই।
নত্রগা নহাক মঙলাক্লদুনা শিবগা
শূকহৌ হৌগৎলক্তবসু য়াই।'
ঐনা য়াদ্রবদা মহাক
ঐবু বাবৌখিমাল্লে;
ঐনা অয়ূক হৌগৎলকপা মতমদদি
মহাক লৈবমদবে।
মহাকপু ইগে হোৎনকববু ইবা ঙমদদুনা তোক্লে।
অয়ূক্কী বাকিং অসুম থোকখিবদা
মহাক্কী নৌনা ফংজবা
চহী লৈশিল্লবা অইবা মপুবোইবা অদুগা

ঝাকিং চত্তুনা নৈবম্মী
খাগেম্বা বোদকী অসুম হাইথখিবদা।
ঐবু উবদা মোমোন নোকশিল্লকই
কল্লক পেল্লি হায়বগী মতাগুম।

(৪ জুলাই, ২০১২)

## চিক্কন সেন্টর

চিক্কন সেন্টর অসিদা য়েন ময়াম অসিনা
নমথিববা শাবগু মনুং অসিদগী
লাঙতক্লনা য়েংলি য়েন শেল্লিবদুদা,
মখোয় মখোয়গী পালি ঙাইবি ঙাইঙমদনা।
মতম ঙাইনবখক্কী থাবিবা
চগেম খবা অদু চাবদুনা মতম লেল্লি;
মঙ মঙলি অতোপ্পা পুন্সী অমগী।
মশাশিং অমুক শন্দোকই
মখোঙশিংদু অমুক তিংথোকই;
শিববু ঙাইজবদা ওঙ্খোক্লা য়াববজাৎনি!
কবিগুস্সদা হেক হেক য়েংই মখোয়না
য়েন শেল্লিবা অদোমদা—
তৌবিবা ময়ামদু নুংঙাইবমদৌ মানবজাৎনি।
যেন লৈবা নূপা অমা হেক লাকপগা
যেন শেন্না নূপা অদুনা
মখোয় মবক্তগী অমা শৎ লৌখত্নুনা
চৈতূপ অমনা অনীবক্তং থোন্মী—
অমুক্তা মনঙ্গন্দা অমুক্তা মকোক্তা।
কুইদে মতম কুইনা চঙদে ইমা হায়বফাওবা নংদে।
মমীৎ অদু উইবি উইবি তৌনা য়েংবা লেপ্পে।
মখোয় অসি কয়াদা য়াববা শিববু ঙাইজবদা!

(৪ জুলাই, ২০১২)

# কাঙদা ফেমিলি প্লান্নিং

ইস কাঙগী কাঙমক্তা'
পোপুলেশন এক্সপ্লোশন হায়বদু থোক্লে
মখোয়দসু।
মীত্তা মায়দা নাকোঙদা য়াদা
কাঙনা হেক্তা চঙলে।
মীৎ পাঙগে হায়বদা পাঙবা য়াদ্রে
বা ভাঙগে হাযদুনা চীন কাথোকপা য়াদ্রে।
বাখলদা থম্মোয়গী থোৎলবা জগাদা
হূত্তুনা চীক্লক্লে।
খূবাক অমুক্তং খূবদা
মখোয় কয়া কয়া শি।
ঐগী খূবাক অসিদা
মোংফম ওইদুনা
মুক্তি ফংখি ফত্তুবা জীব অসিনা;
মশীংদি হছুবা নাইদে।
কাঙ হীদাক্তি মখোয়দা কবিসু কান্নদে,
চুব্দপকী মৈখু ওইনা থকই মখোয়না।
মচাদি পঙপোক্তা পোকই।
মেটিং পঙতৌদা তৌনৈ
মফম মতম নাইদনা চাদ থক্তনা
ইকায়বকায়দু শূকপোক পোক্তবজাৎনি।
মখোয় অসিবু
মবী কিশিনবী ফেমিলি প্লান্নিংকাইদুবু
তৌবা য়াবোইদবা ?
মসিবু কনাদা হংলুদৌনো ইদি ইকায় ?

(৯ জুলাই, ২০১২, অহিং)

# নুঙাগী হেণ্ডবেগ

নঙগী হেণ্ডবেগ অদো ফজখ্রেদা !
কদায়দগী লৈবকপনো মমল কয়া পীবনো
অমুক্তং খঙনীংই।
নঙনা নোংমা যুমদগী থোক্লকপদা
লম্বী থত্তুনা অমুক্তং হংনীংই।
নঙগী থোং নৌববী লেংবান্দা য়ান্দুনা লৈবিবা
নঙগী খাউগী মনুংদবু লৈজনীংই।
ঙাইহাক লৈতনা হূমজিল্লক্লিবা
নঙগী তনৌববী খূৎশানা থেংলবদি
কয়াদা লাইবক ফবা হায়বদু ওইগনি !
মতম খূদিংমক্তা নঙগী হেণ্ডবেগ অদুদা
যাওদুনা অদুম লৈজগে
মীনোক মৈশাদগী লাপ্পা
নোংজু নোংশা নঙদনা
অবোনবা অমা ওইনা।
অদুবু অকিবা অমদি অদুম লৈবি
কনা গুন্না নঙগী অবোনবা নুপা অমা লৈবমদুনা
ঐবু খঙখিদ্রা হায়দুনা।

হন্দক্তি ঐহাক
নঙগী খাউশাবা থম্মোয়দুদা ওইনা লৈনীংলে।
কনানসু খঙদনা
য়াম্নসু শাথিদবা কোকপসু ইয়া য়াদবা
নুংশিবগী লাইনা অমা ওইনা
নঙগী থম্মোযদুদা নাদুনা লৈজবগে।

(১১ জুলাই, ২০১২)

## লাইরিক্কী মেলা

লাইবিক্কী মেলাদা
লাইবিক য়োনবা নূপা অদুনা হায় ঃ
'সিখক্তবা লৈগদৌবিসে ?'
ঐনা মঙোন্দা হায় ঃ
'ঐদি লাইববা মীনি পৈশা পায়দবা
চাকসু চবা ফানা চাবা ফংদবা
লাইবিক উবসু য়াদবা হেক্তা লৈনীংবা।
মসিগী ফত্তবা হৈনবী অসি লৈবিবমখৈ
লাইবদুনা অদুম লৈবগনি ঐহাক।'
লাইবিক য়োনবা নূপাদুনা মদু
চাউববা ফাগিনি হায়না লৌই।
ঐনা হায় মঙোন্দা ঃ
'নহাক্কী ষ্টোল অসি পুল্লপ লৈবগা ঐহাক্না
য়ূমদা থাংলগা পুবা পাম্মী।'
মদুসু মহাক্না খল্লি
ঐনা মাবু কবেম্লবিবনি।
মহাকসু মাগী লাইবিক পূন্না
ঐঙোন্দা পুল্লপ পীথোক্লল্লগা
হবাউ হবাউ ময়ূমদা হনখিবা য়াই।
মদুদি শূকওই ওইথোক্লবোইদবা ৱানি।
অদুননি ঐনা ঐ ওইনা
লাইবিক লৈদুনা পাবা অমা ওইনা অসুম লৈবল্লিবা
মহাক্না মহাক ওইনা
লাইবিক য়োন্দুনা কববাব তৌবা ওইনা
অসুম লৈবল্লিবা।

(১১ জুলাই, ২০১২)

## কাণ্ড ঃ অরোইবা ৱা

১
কয়াদা চাউত্ৰবা অহিং অসিনা
কয়াদা পীকত্ৰবা কাণ্ড মাদি !
অদুবু পীকত্ৰবা কাণ্ড অসিনা
চাউত্ৰবা অহিং অসিবু
হেক নমহৎলিদা !

২
অহিংগী মতমদা খোমজিল্লি মহাক্না
কাণ্ডখলগী অহোবশিং।
অয়ূক্কী মতমদদি পাইথোকখি মহাক
থম্মোয়দা মখুল হূৎলল্লগা;
চৎখি পুবা য়াবা লোইনা পুবদুনা
মহাক্না ঙল্লগা
ঐবু অপঙবা শীবল্লগা।

৩
কাণ্ডগী ৱাবীদি লোইবা নাইদে।
ঐগী খুবাক্তা মথৱায় থাত্ৰবা মহাক্কী শক্তম্না
ৱাখল অসিদা য়েৎশিন্দুনা লৈ।
মশা অদু লৈববসু লৈত্ৰবসু
মহাক্কী খোঞ্জেলদি অসুম তায়।
নাকোণ্ড অসিদা ঙংলদুনা
কোয়না কোয়না পাইবদুনা লৈ
মহাক্না শিখিবা কুইববা মতৃংসিদসু।

৪
শক্তি লৈববা তৌগে হায়বতা ঙল্লবা কাণ্ডনি।
লায়না তীন্না য়োমদুনা পীবা ঙম্মী।

দশা নুংশা অব্রা অনা কয়া
লৌনীংদ্রবসু নমদুনা পীবা ঙন্মী।

কাঙগী ৱাখল খন্না
কিনা কিনা অসুম লাক্লিবা ঐহাক
তূন্নগে হায়দুনা কাঙখল হাইদোক্তুনা
ফমূং চঙলগে হায়না তৌবিঙৌদা
কাঙখলগী মপান্দা ঙাইদুনা লৈবন্বা
কাঙ অমনা হায়বকই ঃ
'চঙগদৌবিববা? খিত্তা য়াওজহৌগে!'

৫
মহাক্কী সিবিঞ্জগী য়েত্তুমগী
অহোবা মখূন ফাওনা ঐগী হকচাংদা
মহাক্না তপ্না তপ্না চঙলকপা অদু ঐনা ফাওখি।
মীওইবা অমনা পোক্লদুনা
অনৌবা সংসাব অমদা চঙলকপগুম
মহাক্না চঙলকই।
ঐগী ঈদা
ৱাংলবা ঈথক ইপোম হৌবকই
চৈথেং চৈনা কয়া শন্দোবকই।
হকচাংগী কাচিন অমদা লৈশিন্দুনা
মহীক্কী মিশাইল কয়া কাপ্লকই।

৬
ঐনা নঙবু শান্ন শান্ননা হাত্তোকই।
মীওইবগী শিববা হকচাংবু
খাঙেনফমদা থাংদোক্তুনা থন্নগা য়েংবগুম
শিববা নঙগী হাকচাংবু
মুন্না য়েংই নঙবু ঐনা।
নখোঙ কয়া পাল্লি? তব্দক!

ঐখোয় মীওইবফাওবা অনীদগী হেন্না পান্দে।
নঙোন্দা অসুক য়াম্না পানশিনবসি
নঙবু শাবিবা লাইদুগী জ্ঞান য়াওদবা মতৌনি।
ঐখোয়না উবা ঙমদবা অতৈসু লৈবিববা ?
এন্টেনা অনী অদুনা
ভিক্তিম কনা কনা কদায়দা লৈবি খঙনববা ?
নঙগী রাখল খনবা ঙমদ্রবা
ঈ চুপ্পগে হায়বসিদগী হেন্না খনবা ঙমদবা
কোক অমা, থম্মোয য়াওদবা নঙগী থবাক
হাপ্পগী লোইবা নাইদবা নবুক।
নঙনা তাইবঙ মীদা কবি পাউজেল পীবা ঙম্লবগে ?
তাইবঙ মীনা নঙোন্দগী
কবি পাবা তম্বা ঙম্লবগে ?
নঙ গুম্বা কয়া কয়া হিংলিবগে
মশক লোত্তুনা মীওইবশিংগী মবক্তা ?

৭

হে কাঙ, নঙনা নতীক লৈববদি
নঙগী মবমদা অমুক ইহনগনু ঐবু।
নঙবু মীনা চৈবকাসি তাদুনা লৈবসিবু ঙম্ববা ?
ইকায়বকাসিবু অমত্তা খঙদববা ?
নঙবু চৈবদা খদাঙ অসি চোকথবে।
নঙগুম্বা কবিসু লৈত্রবা জীব অমগী
ফত্তবগী মবমদা ইবা হায়বসি
ঐগীদি ইজ্জৎ লৈতবা থবক্নি।
নঙগী মবমদা ইবা তোক্কুনা
নুংঙাইনা হিংবা পাম্মী
ফুঙ্গা রাবীনা হেক লোইশিল্লকপদা
নুংঙাইনা পান্নখিবগুম।
নঙগী মবমদা ইবসি নুংঙাইবদি নত্তে
ইবা তোক্কে হায়বসু হেক্তা ঙমদে।

নঙগী মবমদা ইবনা নঙবু চৈবনা
নঙগী নবমচৎপু হোংহনবদি ওইথোক্তে।
নহাকসু অথাপ্পা মফম অমদা চৎকে হায়ববা
নঙনা চত্তুগনা ঐনা নঙ লৈতবা মফমদা চৎলু হায়ববা
ঐগা নঙগা অমুক উনদনবা কবিনো অমদি তৌবসি।
মদুসু য়াবোইদবা ওইবগনা
নঙসু নঙনা থোকপা তৌবো ঐসু ঐনা থোকপা তৌবনি।
ব্রাহ্মেগী লান অসিনদি
নঙবু মায়থীবা পীবদি ওইথোক্তে।
ঐনা চীন অমা পাল্লি হায়বগী পঙচৈদা চৈবা
নঙনা ননা পান্দে হায়বগী কবিসু নাচুংদবা
ঐখোয় অনী অসি পাউ ফাওনদনা
কয়া কুইনা লৈখিগনি ?
মীগী মবোল তম্বিবগে নঙবু
নুংশিবা কথোকপা তাকপিবগে।
মীগী ঈ চূপ্পা তোক্তুনা
মীওইবা সমাজগী কান্নবা তৌবো
লৈত লাইববা কয়াগী সেবা তৌবো।
মীঙোন্দা অৱাবা পীবা তোক্তুনা
মীগী মীগা নুংশিনবগী পাউজেল চেল্লো।
সাধু সন্যাসী ওন্দুনা লাই নীংলো
হয়েং শিবগা
স্বর্গ কাবা পান্নবদি।
নঙবু ইবিবা ঐহাকসু
মৌনব্রত তৌবগে।
অকনবা ব্রাহ্মে থাদোক্লগে অকাম্পেৎ ঙাঙবা লেপ্লগে।
মীনা অৱাবা পীববসু ব্রায় হায়দনা
তূমিন্না খাঙবা তম্লগে।
ঐনা হায়বিবসিবু তাবিববা হে কাঙ ?

(১৩ জুলাই, ২০১২, অহিং)

# দ্রাকুলা

চিঠি অমা ফংই নুপা অমদগী,
থাপ্লবা শহব অমদগীনি
ঐনা মশক খঙবা মীদি নত্তে।
মহাক কাববাব তৌদুনা হিংবা মীওইনি হায়না
মাগী চিঠিদা পল্লি।
ঐহাক চয়োম যোম্লদুনা খোবক্রে
নুপী অঙাংশিংবু বিদাই তৌবন্নগা।

নুমিৎ কয়ানি বস তোংদুনা চৎলি।
(লাইববা ঐখোযগী লৈবাক্তদি বসনা ব্রেন্নি।)
শহব য়ৌববা মতমদা কুমথদুনা
বিস্লো অমুক তোংই।
বিস্লোদগী কুমথবগা অমুক
খোঙনা ফনা শাংনা চৎলি হং হংদুনা।
অঙকপা শহবনি
মীগী লৈফম ফাওবা তাক্লীংদে;
খঙদে হায়বসিদগী হেন্দে।
মশামক্কী য়ুমগী মী ফাওবা
হংবদা খঙই হায়দে।
মশাদা মশাবু হংবদা
মহাক নত্তে হাযনা চেল্লি।

নুমিৎ কয়ানি চৎলকপদগী চোকথবে হকচাং।
উচিন নাচিন মহাক্কী দুকানগুম্বা কা অদুদা থুংলে।
ফনা কুইনা ঙাইহল্লবা মতুংদা
চঙলে মনুংদা।
ঐনা হংই ঃ
‘অদোম্না পাম্বিবিবসি কবিনো ?’
মহাক্না খুল্লকই

ঐ লাকএ হায়বগী কবিমত্তা হবাওবা ঊত্তনা ঃ
'অতৈ অমা নত্তে
ঈ চূপকে তৌবনি।'
ঐনা হায় মঙোন্দা ঃ
'ফবে ফবে ঈদু চূপ্লিবো।
য়াম্না নাগদবা মদুবো ?'
মহাক্না হায়বকই ঃ
'নাদি নাগনি খাঙবা তাবে খবা।
হিংবা হায়বসি চৈনা খবদি থেংনবা তাই।
চৈনা খাঙবসিমক হিংবনি, কবি হায়গে ?
যাবত্রা ঈ চূপ্লগে ?'
ঐনা খুশী ঃ
'অং য়াবে চূপ্লিবো।'
মহাক ময়া অদু লাওনা কাথোবকই।
নহানমখৈ ঐহাক খঙলুদে
মীগী ময়ানা
অসুক লাওনা কাথোকপা য়াই হায়বসে।
ময়া কাথোবক্লবদি মহাক
নোক্লিবসু মাল্লি নোক্তবসু মাল্লি।
মহাক্কী হূইয়া অনী অদু
মযামদগী খবা হেন্না শাংই ইবংসু লংই
সনানা য়োম্বা মাল্লি।
ঐনা ওক অসি খবা পৈথোক্লগা
মহাকপু ঈ চূপহল্লি।
মহাক্না ঈ চূপ্লা লোইববা মতূংদা
ঐনা হায় ঃ থেঙ্ক ইয়ু।
(ঐনা হায়গদববা নত্তবা ?)
অদুদগীদি হল্লক্লে ঐহাক;
শাংলবা খোঙচৎ অমা চৎলবা মতূংদা
য়ূম য়ৌবে।
য়ূমগী থোঙ্গাল য়ৌবকপদা ঐগী নূপীনা

হবাউ হবাউ চেপ্পোবক্তুনা হংই ঃ
'কমদৌই নুংঙাইববা ?'
ঐনা মীনমদুনা খুম্মী ঃ
'অদুম নুংঙাই।'
শকফম খব হঞ্জিল্লগা হায়বকই মহাক্না ঃ
'নশাদি তাইফেৎ তাইবিবসিনা কবিগীনো ?'
ঐহাক্না খুম্মী ঃ
'মসিদি কবিসু কায়দে
কুচু ঙৌথোবক্তুনা ফজথোবকপনি হায়না
মখোয়না হায়বকই।
কুচু ফজনবা শক ফজনবা
মবক মবক্তা
মীবু ঈ চুপহনগদবনি হায়বকই।'

(১৭ জুলাই, ২০১২)

## পাতাল ওঙবী

ফুট হুম্ফুতবামাখোই লুবা কোম অমদা তাখিবা
চহী মঙাতা ঙায়বিবী নৃপীমচা অদুবু
নোংমদি শোয়দনা লাক্কনি খল্লুবি ঐহাক্কা।
লম্বী অসিদা হেক হেক ফাওদুনা চৎপগা
হেক হেক য়েংলুবি কোম অদুদা
ঙাইহাক লেপ্লদুনা।
ঙসিদি পৃক্লিং নুংশিবকই ঐহাক
শীজিন্নবমখৈ শীজিন্নবগা
মহী মচুম চিংথোকপা য়াবমখৈ চিংথোক্লগা হাথু হাথু
মেনশিনবা কাউদুনা থনম্লবা
কোম অসিবু উবগা।
মাবু কন্ননবা য়াম্লা কয়া হোৎনখি
অমত্তা কান্নখিদে।
ফনা চঙলবসু কোমগী মনুংদা
পাতালদি য়ৌবা ঙমখিদে।
ফুল হল্লকপদা হবাউ হবাউ
ময়ূম হল্লবনি খঞ্জদুনা
চেন চোংদুনা লাকপদা
মখোঙ অদু শোয়বদগী থাফম চাদনা থাখিবনি।
অসুক লুববা কোম অমনা
পীক্লিবী মাগী লম্বীদা লৈবমগনি হায়বদি
কনানসু খল্লোই।

কোম ললোনবশা,
কোমশিংবু চাইথোক্লুনা থম্মু।
লাইববা কয়াগী
লম্বীদা লংথোক্লুনা থম্মু,
ইচম চমজববা অঙাংশিংগী শান্নফমদা
থম্মু শন্দোক্লুনা।

পৃথিবীগী লৈমায় শীনবা থুংনা
কোমঙাক্তা ঙায়হল্লু।
নখোয়না নোকপা নোকপদা
নখোয়না চংপা মফম মফমদা
খ্বীকথবন্মু কোম কযা কয়া
লৈবাং চাইবগুম্মা।

**

চহী হস্মুমঙাগী মতুং অসিদসু
ঙসিসু চঙশিন্দুনা যেংলুবি কোম অদুদা
মহাক থোক্লক্কনি হায়বগী আশাগা লোয়নননা।
হৌজিক্তি মহাক
মশাগী ওইবা লৈবাক অমা লৈবল্লগনি।
মপুং মবৈ ফাবক্লদুনা
ময়ুম পান্দুনা ইমুং মনুং লৈবল্লগনি,
মচা মশু লৈবল্লগনি।
অহল ওইশিল্লক্লদুনা
মউন খুইজিল্লক্লল্লগনি মখ্বাঙ কোল্লল্লগনি।
মতম অদুদা মহাক্লা ফাওখিবা
খাঙঙমদ্রবা চৈনা অদো কোকখ্রববা ?
থম্মোয় শোক্লবা থৌদোক অদো
ঙসিসু কাউবা ঙমদ্রি ঐহাক্লা।
ঙসিসু থাজবি ঐহাক্লা
নোংমা নত্ত্রগা নোংমদি মহাক
থোক্লক্কনি কোম অসিদগী
মহাক্কী ইমুং মনুং শাগে নাতে
পুম্নমক্কা লোয়নননা।

(২০ জুলাই, ২০১২)

## অশিবগী মরল মথুম

মফি মবোল লৈতে
সনা লূপা লৈতে
লৌ ইঙ্খোল শম্পতি লৈতে
মমীং লৈতে
এড্রেস লৈতে
মযূম লৈতে
মশাগী লৈবাক লৈতে
শিবগী মবম খণ্ডে
শিবগী মতম খণ্ডে
থিবা খণ্ডে হকচাং।

(২৩ জুলাই, ২০১২)

## ঈকং

নোং তাবক্তবা কুইবে।
অতিয়া অসিগী ষ্টোক্তা নোং লৈত্রমাল্লে।

ঈকং লাউথোক্লবসু কৈদৌএগে ?

লমদম অসিগী মী খূদিংমক
ঈশিংগী মবীক অমমম খায়নসি
ঈপাক অমা শের্মসি।
থিয়ু থিয়ু নোংগী মবীকশিং
শোয়দনা লৈবমগনি
মীওইবগী থস্মোযশিংদা
নংত্রগা লৈবাংগী লৈকাশিংদা।
মালেম লৈপাক অসিবু তৌথোক্লনা য়েংঙু
থেংনগনি নখোয়না
মশক উদবা তুবেল কয়া কয়া
চেল্লিবা থস্মোয় থস্মোয়দা
ঙাথু থেংথুবদুনা।
থস্মোয়বু অমুক্তং শুমদোক্লনা য়েংঙু
থোবক্কনি ঈশিং ঈফুৎ অম গুম
অবৎপা লৈতনা।
অমুক্তং য়েংঙু অকোয়বদা
উবক্কনি কল্লবা নোং পুবা নোংলৈ নুংশিৎ।
হংঙু চীংজাওশিংদা
হায়বক্কনি নোং কদায়দা লৈবগে হায়বা।
অতিয়াগী মফমদা অমুক্তা হাযজদুনা য়েংঙু;
খোঞ্জেল বাংনা থাঙ্গত্তুনা
অমুক্তদি কৌদুনা য়েংখো।
নোংগী লৈবাক্তা লৈবিবা মখোয়দা
অমুক্তা হংখো।

মদুদা তাবক্তুবদি নোংনা
থম্মোয়গা থম্মোয়গা
রাবী অমুক্তা শানহল্লু নুংশিননা।
কাঙলূপ মশেল মবক্তা
খৎনবা চৈনবা তোক্লসি
হাৎনবা শুনবা লেপ্লসি
কবিগী তাবক্লোইদগে নোং ?
য়েংঙু উদ্রববা মলয়া নুংশিৎনা
লোন্না পুদুনা চৎলিবা
নোংগী মকূপশিং।
মখোয়গী মমিশিং তাবিবসে
কংলবা পৃথ্বী অমগী মমীৎশিংদা
মবুক শীৎলবা তুবেলশিংগী মঙশিংদা।
খৌগংলবা মালেম্না কৌবক্লে নোংবু
'লাক্লো লাক্লো' হায়না
মহাক শোয়দনা লাক্কনি লাক্তবা য়াবোই।
কংশিল্লবা উপালশিংনা
মুকম মুকম শোন্নবা তাবক্লে।
হঙোইশিংনা খোংলক্লে
তেংথা নাওইনা
হঞ্জিন হঞ্জিন
থম্মোয শোকপা খোঞ্জেলগা লোয়ননা
নোং মহাক লাক্তবা য়াববোই।

ঈকং লাউথোক্তুবসু কৈদৌএগে ?

(২৮ জুলাই, ২০১২, অহিং)

## লৈকংথোং হেক য়ৌবগা

লৈকংথোং অসি হেক য়ৌবগা ঐহাক
কবিগুম্না চাউববা
মশক খণ্ডবা শহব অমা য়ৌববগুম খল্লকই।
অতিয়া অসি খৃৎনা লাম্বা ফংবগুম
য়াখল অসি নুংঙাই।
লৈচিল নোংফাইগা
মথপ শান্নজে ঐহাক্না।
লৈকংথোং অসি হেক য়ৌবগা ঐহাক
কবিগুম্না চাউববা
মশক খণ্ডবা লৈবাক অমা
য়ৌববগুম খল্লকই।
ঐনা অমুক্তা চৎলুদ্রিবা
পুক্নিসিদা অমুক চৎপা ফংগনি থাজদ্রবা শহব উবকই।
চৎপা খৃদিংগী
তোঙান তোঙানবা লৈবাক
তোঙানবা শহব।
য়াংলবা মঙদফাওবা উবা ফংলবোইদবা
দলাল কয়া উবকই
উফুল মবীক অমফাওবা পক্নবা
শীৎ নাল্লবা লম্বী কয়া উবকই।
স্বগগী কোনুং উবকই
লাইয়ামশিংগী মনাক্তা চঙদুনা
মখোয়গা য়াবী শান্নে।
ঐখোয়না নহানমখৈ হিংলিবা পুন্সী অসিগা য়েংলুববদি
ওঙ্খোক্না তাইওন্নে।
পৃক্তা চাক লাম্বা কাউই
মীনা উশিত্তনা ঙাওলম্বা কাউই।
শহবগী অথীবা অমোৎপা লোইনা মাঙখি।
ফজখ্রবা এবোপ্লেন অমগী মথক্তা তোংবগুম্না

য়াম্না ঋাংনা নৈচিলগী মথক্তা
ফজববা মঙ অমনা
হুমদুনা পুই
য়াম্না থাপ্না য়াম্না থাপ্না
স্বগগী লম্বীদা
মশক মতৌ ফজববী হেনোয় অমনা
লম্বী তাক্নদুনা।

(৭ আগষ্ট, ২০১২)

## লোক খূবা

অতোপ্পা লৈবাকপু মিহৌবা
মীবৈবাক্তগী লাকপা নিংথৌনা
য়ূম-কৈ লাইশঙ থুদেকই
মূর্তি থুগায় লুৎ তৌই
লৈবম লৈবম্বা মী হাৎলি।
খুদুম চল্লবা লৈবাকশিংবু
মাগীদা তিনশিল্লি।
মখোয় মখোয়গী নিংথৌনা
লোই থাদোকই।
মসি মঙোন্দদি
ওম্বোক্রা লায়থ্রবা থবক্তি।
ঐদি পীক্রবা লৈবাক অমগী নিংথৌনি—
মীঙোন্দসু লান তৌজনীংদে
মীগী লম্বু মিহৌবসু লৈজদে।
অদুবু নোং হেক ঙানবদগী
নুমিৎ তাবফাওবা লোক খূবদা
মাঙথ্রে ঐগী লৈবাক;
তাখ্রে য়েক্লবগী মখূত্তা।
ঐগী নুংশিজববা ইবৈবাক্তগী তাম্বোকপিবক্লবদা
ঐগীনি হায়বা কবিসু লৈহৌদ্রবা নিংথৌ ঐসে
ঙসিদি লৈবে কোয়চৎ চত্তুনা
লম্লক অসিদা কঙাওননা।

(১৫ আগষ্ট, ২০১২, অহিং)

## ভোলুন্টরি রিটায়ারমেন্ট

ক্লানসু মহাকপু
মশা মতোমত্তা শিজদবা য়াদে হায়না
হায়খিবা লৈতে।
হিংবদা ৱাবক্তুনা হিংববু কিবক্তুনা হিংববু তল্লক্তুনা
মহাক মশা মথন্তা শিবগে হায়দুনা
শিখিবনি হায়বসু হায়বা য়াদে।
মহাক মশানা অফবা নুমিৎ পৃংফম খন্দুনা
লেপথোকচৈ মশাগী শিবগী মতম।
মশাগী কৃ অমা নুমিৎ কয়ানি চঙনা শাজৈ
অফবঃ উ শীংদুনা মদুবু অমুক কংহন্দুনা
ঈংলবা নিংথমথানা চঙলক্লিঙৈ।
শিবগী মতম হেক য়ৌবকপগা
পৃকমেন পাউমেল্লম্মী মাগী নৃপীদা
মচাশিংদা ব্রা হায়বম্মী মরূপ মপাং উনবম্মী
লংফৈদা মতম খবা চংথোক্লুগদবগুম।
অহাউবা ইনশাং মথেল অমা
মাগী নৃপীবু থোংহন্দুনা পেন্না চাবগা
ঙাইহাক্তং পোত্থাবগা
ঙাইহাক মথল্লায় তানা হৌনা অমুক্তং নোকথোক্লুগা
নোকপদু মপৃং ফানা লোইশিল্লবা মতৃংদা
কৃ অদুদা কাখৎখবে
শগোলগাড়ী অমদা তোংখৎপগুম্না
অদুগা ইরেঞ্জনা হীপথখবে কৃগী মনুংদা।
তৃমিন লৈখবে লেঙ ওৎখিদ্রে
শ্বব হোনবা লেপত্রে থম্মোয়গী খোঙজেল লেপত্রে
অদুদগী শিখবে মহাক!

(২৪ দিসেম্বর, ২০১২)

## বোন্সাই

মতম লিশাং শীংনা
খবা পীজ খবা পীজদা তৌদুনা
মখূৎ অদুনা ইকোক অসিদা
নমথ নমথদুনা লাকপদা
ঐহাক ঙসিদি
থীক নেম্নবা বোন্সাই হায়বদু ওইবে।
ঐহাক্কী চীঙ্গাক্তা
মাগী হূ চেনবা রাহৈ হৈজিন্দুনা
ওইবে ঙসিদি ঐহাক
নেম্বদগী নেম্নবা বোন্সাই।
(ঐবু উবগা হবাউজৈ মহাক্না।)
অবোইবা ওইনা পীকশ্রবা ঐবু
উহৈ পালহল্লি নমদুনা;
মহাক্কী যূমগী লৈতেং ওইনৈ।
ইনক নকপদা হৌবা মবেপ রাংবা
উপাল অমনা হাযবকই ঐঙোন্দা ঃ
'নহাক্তি নুংঙাইজবিনি
মফম অমদগী অমদা
লেঙবা চৎপা য়াই।'
ঐনা খুম্মী ঃ 'কদাযদগী নুংঙাইবনোদা ভায়!
মহাক্কী অপাম্বা মফম মফমদা
মশাগী কান্নগদবা য়েংল য়েংলগা
থাংদুনা পুবদনি।'

(৩ জানুয়ারী, ২০১৩)

## অঙকপা জাতি অমা

সংসার অসিগী কাচিন অমদা
মী জাতি অমা লৈবি।
মখোয়না ঙাঙবনা অচুম্বনি খল্লি
অতৈনা ঙাঙবা রা তাদে।
মিংশেলগী মমাঙদা লেপ্তুনা
মশাবু মশক খঙগে হায়বা নোংমত্তা হোৎনদে।
শক্তি লৈবা লল থুম ময়াম
শৈশিন্দুনা লৈবা মীশিংনি।
চৎলিবা লম্বীদা হঞ্জিন হঞ্জিন চৎলি
নাক য়েৎ য়েংদে।
মখোয়না ঙাঙবা রাদু
হঞ্জিন হঞ্জিন ঙাঙই
শেমদোক শেমজিন কোবিজেন্দম লৈতে।
মশানা মশাগী মপান্দা থোক্তুনা
মশাগী মথক্তা য়েংজবা হৈতে।
মীবু মাযথোঙখক্তং য়েংই
মায়থোঙদা তাবা অদুখক্তং অচুম্বনি খল্লি;
থম্মোয়গী মনুংদা চঙশিনবা অকিবা পোকই।
লুববা লাইজ ঈশিংবু কিজৈ
অদুনা পাৎ তুবেল পূস্ত্রী কূমদে।
মখোয়না লৈবিবা হৈবোং মনুংগী
পীক্রবা সংসাব অদুনা
পূম্নমক্কি খল্লি;
পৃথিবী অসিগী রাংমদা
অতোপ্পা পৃথিবী অমা লৈবি হায়বা শূকয়া য়াদে।
নুমিৎ থা থরানমিচাক্কী অতোপ্পা গ্রহগী সৌবজগৎকী
রা খঙবা ঙমদে।
মীগী মবক্তা হিংদুনা
মীবু চক চক থিন্দুনা ন্যাহল্লগা মীবু ল্যাক্রবগা

মখোয়গী নুংঙাইজবনি।
শাথীববা লীচৎ চৎপা মীনা কিনীংঙাই ওইববা
অঙকপা মখলগী জাতিনি।
নহাক্না ফনা ইদুনসু
মখোয়বু হোংদোকপদি ঙম্লোই।
মখোয় লাইবিক পাদে
শৈবেং লাইবিক্তি থম্নু থমখো।
কল্লবা নুংনা য়োংনা শাবনি মখোয়গী হকচাং;
মখোয়না তাবিবা মফমদা
অদুম লেঙদনা লৈগনি।
চাউববা শঙ্গাইশেল অমনা
পৃথিবী অসিদা তাবক্তুনা
চাউববা অহোংবা অমা থোকহনবা নত্ত্রিমখে
মখোয়বু হোংহনবদি ঙম্লোই।
মখোযগী চাবোল শূবোল
কয়া কয়া পোকথোবক্লি।
চাদা নাউদা কযা
মথং মথং শন্দোবক্লি।
পৃথিবী অসিবু
হিংবদা য়াম্না নুংঙাইত্রবা মফম অমা ওইহন্নবা
য়াম্না কন্না হোৎনবি মখোয়না।

(৫ জানুৱারী, ২০১৩)

# হৌদোঙগীদি ভেলেন্টাইন দে লৈতে

হৌদোঙদি
থোংনা মেঙনা ঙাঙবা হৈতে।
য়ুমথংনবা ইমুংদা মহাক্না
শঙ্গোম খিত্তং থক্তে পীয়ু হায়বদি
লাউ খোংই ধমকা তৌই
মী হাংলদবোই নীংই।
মহাক মশা নোকপা করিনো খঙদে নোকপা হৈতে
মীবু নোকহনবসু হৈতে।
মহাক্না নোক্কে হায়না তৌরকপদা
ময়া ময়ামদু খংথিন থিন্দোবকই
নোকপা য়াদে নোকফম খঙদে।
নোংমা হৌদোঙ লাবা অমগা অমোম অমগা
য়াক্নবা খোঞ্জেলগা
খোং খোংদুনা খৎনবা উবদা
মখোয়গী মপুদা হংই ঐনাঃ
কবিগীনো মখোয়না খৎনবিবসে
অমুক্তা খামদোকউদনা ?
মহাক্না খুন্নকই ঃ
'হে অপঙবা, কবিগী খামদোক্কদৌবিবনো ?
মখোয় অনী অসি অমনা অমদা
*আই লব য়ু* হায়নবিবনিনে।'

(১৫ ফেব্রুৱারী, ২০১৩)

## মফোংদোক অমা

মতম কুইনা মফম খণ্ডদনা
মাঙখ্রবা মহাক্কী নুংশিজববা মচাবু
থাপ্লবা মফম অমদা
অশিবা হকচাং ওইনা ফংখি।
কনানা হাংলিবনো খণ্ডে
কবিগী হাংলিবনো খণ্ডে
মবাল লৈব্রা মদুসু খণ্ডে।
নহাক হায়য়ু মহাক
কবি ওইফম থোকপগে ?
অদুবু মহাক্কী থম্মোয়গী ফীভম
কবি ওইবিবগে হায়বা
খণ্ডবা ঙমদে কনানসু।
মহাক লাউখোংদে
তেংথা নাওইবসু তৌদে।
লৈমায়দা থবো থবো ওন্দুনা
মশাগী অরাবা
মীয়ামদা উৎনবা হোৎনবসু তৌদে।
মমীৎ অদু চেৎনা উইশিন্দুনা
মখুৎ অদুনা নোইবদুনা
কবিগুম্বা কল্লবা পূক্রিংগী ঈহৌ অমবু
খিংনবা হোৎনবসু লৈতে।
অদুবু পিগী লংলবা মবীক অমখক্তি
মাগী ওয়থংবা মীত্তগী
থবো থবো ওম্বকই।

(২৬ ফেব্রুরাবা, ২০১৩)

# অশিবদি মশীং থীবা হৈতে

ঐনা ঈক ফজনা লুথোক্লগা
শম-না হাক্তোক্লগা থাউ-নুং তৈবগা
ফজবা ফি-বোল শেংচিল্লগা
অশিববু ঙাইগেনা ঙাইববু
মহাক লাক্কে ঐবু কিবমাল্লে।

নোংমগী নুমিৎ অমদি মহাক
চষী মপৃং ফাদ্রিবী পীক্লিবা নৃপীমচা অমবু
মোইথেম তৌদুনা লৈবস্মী।
ইজ্জৎ মাঙহনবিবগা
অমুকসু হাৎকে সিনি (দবল মর্দব ')।
ঐ উবদগী মহাক
হুৎ লৈদুনা চেনখিবনি।

মহাক অঙাংদি নত্রে
অদুবু মশীং থীবা হৈতে।
মহাক্কী খৃত্তা তাখিবা
মীগী মশীং মহাক নীংশিংবদি লায়বদনা
ঙসাইদা মহাক্লা
নমথাক তৌবগা হাৎখিবা
ইজ্জৎ মাঙহনখিবা নৃপীগী মমীং
নীংশিংবা ঙমদে।
ফৃবীৎ লীৎপদা খোঙগ্রাও তোংবদা
মথক মখা ওন্নে।
য়েৎ ওয় মশক খঙদে—
য়েৎকী খোঙভৃপ ওয়দা তোংই
ওয়গী খোঙভৃপ য়েত্তা তোংই।
নোংমদি মহাক
মশামক্কী থীববা শক্তমদা য়েংলদুনা

হৌনা হৌনা নোক্তুনা লৈবক্সী।
ঐনা মঙোন্দা শন্দোক্রা হায়ববা মতৃংদা
জ্ঞান তাবকইদনা মহাক।
ফনসু য়াম্না নোকথোকউবগা
নোক্লুবদু পাম্মুবকইদনা।

নোংমদি কন্না নাবে ঐহাক।
ঐ নাবে তাবদা হবাউ হবাউ
হুই খোংলদুনা লাকই মহাক,
ওইজ ওইথক খবা ফংলনি খনবজাংনি।
মাঙ্গোল দাবি হেক কাখৎপগা
হুই খোংবা লেপ্পি,
মায়খোঙ হঞ্জিল্লি।
ঐগী নাকন্দা ফমথবদুনা মহাক্না হায় ঃ
'অচৌবা ঙা অমত্তং পুবক্কে খনবনি
কাউদুনা পুবত্তবেদো ঐদি!'
ঐবু মিহুন পায়দুনা য়েংলগা হায় মহাক্না ঃ
'এ য়াববোই মসিদি!
কবিনো নঙনা চানীংবা অমা হায়যুদনা
শিদ্রিঙৈসিদা।'
ঐনা হায় মঙোন্দা শংত্রিক যেংলগা
মায়খোঙদদি অশাউবা উত্তনা ঃ
'নঙ ওইনা চাগে!'
কবি খল্লবনো খঙদে
ফুক হৌগৎলগা চংখবে মহাক
কবিমত্তা হায়বমদনা।

(২০ মার্চ, ২০১৩)

## ঐদি কপ্লীংদে

নঙগী ৰাহৈদো কয়াদা ফজবিবা।
কদায়দগীবু লৌকবিবনো ?
ফজববা ৰাহৈনা মীবু নুংঙাইহল্লি।
অদুবু ঐদি পেন্দবি।
নঙনা হায়নীংবা হায়জৌ
ইবায় লায়না ঐবু পেলহনবদি
খক ঙল্লোই নহাক।
নঙগী মোমোন মিনোক অদো
ঐহাক থাজদে ঐহাক থাজদে।
মদুগী অসোম থংবা নাকন্দা
কবিনো অমদি লৈবমগনি।

কয়াদা কন্না হোৎনবিবা নঙনদি
অমুক্তংদি কপহনগে শিনি ঐবু।
মহাও য়াওদে নঙগী ৰাহৈদা
শুমহৎনীংঙাই কবিসু য়াওদে।
নঙনা তৌনীংবা তৌজৌ
ঐবু কপহনবদি ঙল্লোই নহাক্লা।
কয়াদা মান্নবা হোৎনবিবা নঙনদি
পি অসি তাবকউ য়াদে।

হায়য়ু নহাক কনানো ?
কাববাবৰালাবা জোকববা
ফক্লাংদা ফজবা বং হাইবা নৃপাবা ?
ফজহল্লু নঙনা ঙন্নিবমখৈ
ফজবা ৰাহৈ থিয়ু দিক্সনাবিদা
চীনবান্দা খোইথুম্নববা খোইহী তৈশিল্লু
নঙনা তৌনীংবা কবিনো তৌ
নঙনা ঐবু কপহনবদি ঙল্লোই।

নঙনা কপ্পু হায়ববসু
ঐদি কপ্লীংদে ঐদি কপ্লীংদে;
কপ্লগী মহূত্তা হেক্তা নোক্লীংলকই।
নঙগী তৌশিন্নবদু উবগা
ইপক পত্তবা মতৌদু উবগা
নঙগী মীনম্বা কয়াদু খঙলগা
হেক্তা নোক্লীংলকই ঐদি।

কপ্পু কপকে হায়ববদি
ককচেং অমনা শিবদা
পি তানা ওখোংনা কপ্লা য়াই।

(১০ জুন, ২০১৩)

## কুশীং কূংপা নঙগী খোয়দৌ

নীংথিববী নুজাও,
নঙগী খোয়দৌ অদুবু
মমাঙঙৈদা
শঙ্গাইশেল অমনা তাখিবগীবা ?
মমল য়াম্নবা কবি পোৎশকপু
লোৎপগে মদুদা ?
নঙগী থম্মোয় য়ৌবা লম্বীগা
শম্নবরা মদুগা ?
ফজববা লৈনূংগী শহবদা
নঙগী অবোনবা কাশিংদা
মোমোন নোকপবা নথন্নতা
লোন্না লোন্না
কনাসু খঙদনা ?
নঙগী খোয়দৌদগী
অপাম নুংশিগী তুবেলশিংনা হৌবকপবা ?
তুবেলশিং অদুদা কূমথদুনা
নহাক্না ঈকজববা
নঙগী ফীজোলবু তোববন্দা থনন্নগা।
হায়য়ু নুজা।

( ১৭ জুন, ২০১৩)

# অরোনবা

নৃপা অদুনা হায় ঃ 'য়ানি য়ানি।'
য়াদ য়াবদবোই নীংই
য়াদ য়াবদবোই নীংই
য়াদি ইয়া য়াদে।
থংনবদা ফল্লিবা নৃপা অদুদি
কবিসু হায়দে মোমোন্তা নোকই।
মহাক্কীদি মবাল লৈতে
মহাক্তি কবিসু হায়জদে,
মোমোন্তা নোকই।
কবি অবোনবা খঙবনো খঙদে
মোমোন্তা নোকই ঐবু উবদা।
কবেম্লবসু মাল্লি
হবাউদুনা সুম নোকচবসু মাল্লি;
মশাগী হৈনবীসু মাল্লি।
কৈবুই কৈ ওইবনা ঈশিং শোক্লিবা তুবেলগী তোর্বানগী
উপাল অমগী উশাদা তোংলিবা
মবোলদি খোক্তবা কাক্লা মহাক অসিবু '?
নুমিৎ কুনতবেৎনি হায়বক্লে
থা অমা ফাজিল্লক্লে
য়াদি ইয়া য়াদে ইওই ওইদে ইচৎ চত্তে,
নৃংজাও অমা ঈনবসিঙায।
য়াবদবোইদা নীংই
য়াবা কৌবদি লৈতে।
য়াহন্দবসু য়াবজাৎলা মসিবু
য়াহন্দবগী থবকসু লৈববা
মহাক্কী থবকসিবু য়াহন্দবগী থবক্লা '?
মীবু মথৱায় চাকহল্লগা
থবকপু অঙাং য়ৈথবগুম্লা য়ৈথবগা
মহাক্কী ফমথোন হাইগৎপবা '?

থংনবা নূপা অদু
ক্না মতপ অমা ওন্না ওন্না শায়বগা
মোমোন মোমোন নোকই।
মতম খুদিংমক্তা মোমোন নোক্লনতা লৈবা
কবি কবন্না থবক্লো মহাক্কীসিনা ?
ঐনদি খঙদবা মানদি খঙবা
কবি অবোনবা লৈববনো খঙদে মহাক
মোমোন্তা নোকই মোমোন্তা নোকই। □

(১৭ সেপ্তেম্বব, ২০১৩)



ইরুংবম দেবেন শৈরেংবু হকচিন্না লৌজদুনা ইজরিবা অইবনি। মশাগী শৈরেং লাইরিক মঙা কোঙত্রে। হন্দক্তিসিনা তন্নকশুবনি। হান্না কোঙত্রবা শৈরেং লাইরিকশিং অদুদি—

(১) মোহিনি, ১৯৯৯ (২) ঐ শিবগী পাউ, ২০০৬ (৩) ঐ লাই উরে, ২০০৯ (৪) নুমিৎ অমা পুলী অমা, ২০১১ অমসুং ৫) কুম্ভকর্ণ, ২০১২নি।

---

"মতমসিগী মণিপুরী শৈরেংগী তাইবঙদা মহাক্কী তোপ-তোপ্পা মহাউ অমা অপাবশিংদা শীননবা হোৎনরিবা নহা ওইবা অইবনি। হন্দক মহাক্কী 'শকহেনবী তারা' হায়না মিংথোনবা শৈরেংগী লাইবিক অসি অচম্বা লোন্দাদা অনৌবা সিম্বল, ইমেজরি অমদি মেটাফরনচিংবা শীজিন্নদুনা অপাবশিংগী পূক্নিং-বাখলবু হমদুনা পুনবা হোৎনবা শৈরেংগী লাইবিক্নি। শৈরেংশিং অয়াম্বা ফজে, পাবা নুংঙাই। ... শৈরেং খরদি থোইদোক্না শাফু কল্লি। কাউঙমদবা মহাউ অমা শীবা ঙম্মী।"

—লনচেনবা মীতৈ



ইরুংবম পব্লিকেসন

মমলঃ লুপা ১৫০/-

Printed at: Padma Printers, Governor Road, Paona Bazar Imphal.